ফোংজবা :—

অইবা মশামক




অহানবা থুৎনম্

কোপী মশীং—১০০০

কোংবা মুমিং :— ১৯৮৩ ইংগী, ইংভনগী নিংথৌকাপা থাগি মুমিং।

সম্ব পুস্থা :—অইবগীনী।

মমল লুপা—৬

নমকুম:— লৈবরেবী প্রেস, উরিপোক

# হাহৈদোক্

"মৈতৈ জগোয় লমজিং লাইরিক" হায়না কৌবা লাইরিক অসিবু ইজরুবগী মরমদি অসিনি। মমা-ঙৌদদি পুং, ঈশৈ, জগোয়গী-মনক স্কুল কলেজনচিংবদা তম্মগমদে অহুবু হৌজিক্তি চাওখংলকপগী মতুং ইন্না স্কুল কোলেজনচিংবদা তম্নরকপা মরম-নৌনা হেংগংলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মতেং থরা ওইগদরা খল্লুনা ইজবনি। পাংজরবা ঐনা ওঝা গুরুশিংগী মফমদা চংজহনা হংজকুবা তমজকবা থরদং খোমজিনজরগা লাইরিক অসি ইজখিবনি।

লাইরিক অসিদা ওশোয় অঙাম কয়ামুক য়াওরম্লংস্মু মথংগী খুংনমদা চুমথোকচবা য়াননবা তাকপিরকপা অমসুং খঙহনবীরম্রবদি পাংদ্রবা ঐনা হরাও তর ম্না লৌশিনজগনি।

অইবা

## খঙ্গহনজবা

লাইরিক অসি ইজরুবগী মরমদি নোনা হোগংলক্লিবা জগোয় তমজনিংবা অমসুং হৈজনিংবা ছাত্র ছাত্রিশিংগী অহানবগী ওহুনা মতেং ওইগদ্রা খঙ্গহনা। ঐবু তম্বীরিকপা ওঝা গুরুশিংগী মত লৌজরগা ইরুবনি।

লাইরিক অসিদা ইজরিবদি জগোয় রাসকা শরুক খরা, লাই হরাওবা, চালি পুংলোন, রসকী শরুক অমসুং কবুই জগোয় ইশেগী মরম অসিনি।

লাইরিক অসি ইননবা হোৎনবদা ঐগী ইয়াম্বা শ্রী ওইনাম বীরমঙ্গল সিংহনা ঐবু মনাওমক্লি হায়না খনবীহনা অরাবা কোঙ্গায় য়াবিখিবগীদমক ইয়াম্বগী মফমদা মমল নাইদনা লমন তেংনশিনজরে।

লাইরিক অসিগী মশাদা অরাল অহুই য়াওবা খুদিংমক তাক-পিরক্লবদি মমল য়াম্লবা মতেংনি নিংজহনা মথংগী চেফোংদা চুম-থোক্লবা হোৎনজনি।

অইবা

শ্রীহাওবম ইবোচাওবা সিংহ

উরিপোক

# য়েংশিনজবা লাইরিকশিং

| | |
|---|---|
| ১। চালি | গুরু মৈস্নাম্ অমুবী সিংহ |
| ২। মনিপুর জগোয় | ” ” ” ” |
| ৩। ভক্তি রস | ৺গুরু চিত্রশেন সিংহ |
| ৪। মৈতৈ জগোই অনিশুবা | সুরচান্দ শর্ম্মা |
| ৫। ” ” অহুমশুবা | ” ” |
| ৬। নাট্যদা চংবা মচাক | শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা |
| ৭। মৈতৈ জগোই অহানবা | |
| ৮। ” ” অনিশুবা | ওজা য়াইমা পণ্ডিত |
| ৯। ” ” অহুমশুবা | |
| ১০। ” ” মরিশুবা | |
| ১১। প্যাম্ভোয়বী খোংকুল | পণ্ডিত চন্দ্রসিং |
| ১২। মৈতৈ পুংলোন তাল অঙ্ক | শ্রীবাবু সিংহ |
| ১৩। জগোয় রাস | ইরেংবম গুলামজাৎ সিংহ |
| ১৪। নোংখাং কোয়বা | |
| ১৫। নিংথৌরোল শৈরেং | ওইনাম ভোগেশ্বর সিং |
| ১৬। মনিপুরদা কবুই জগোয় | গুরু অবুংবম্ কবুই |
| ১৭। লৈথক লৈখারোল | |
| ১৮। লাই হরাউবা | পণ্ডিত কুলচন্দ্র |

* * *

★★★

## উনজরুবা অমসুং নৈনজরুবা ওঝাশিং :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পণ্ডিত বিরহরি সিংহ | উরিপোক |
| ২। | নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ | উরিপোক |
| ৩ | ওজা দামু | প্রেসিদেন্ট এরাড |
| ৪। | ওজা কুমার মাইবী | জুনিয়ার ভিজিতিং গুরু ডান্স একাদেমী |
| ৫। | গুরু অবুংবম কবুই | হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট ডান্স একাদেমী |
| ৬। | হাওবম ভাংবী দেবী | ভাইস প্রিন্সিপাল ডান্স একাদেমী |
| ৭। | থিয়াম নরেন্দ্র সিংহ | উরিপোক |
| ৮। | শ্রী টুতেশ্বর সিংহ | নাগামপাল |
| ৯। | ওজা গোপাল সিংহ | উরিপোক |
| ১০। | গুরু থিয়াম তরুনকুমার | সেনিয়ার গুরু ডান্স একাদেমী |

★★★

★★★

# অহানবা শরুক

## জগোয় ইশৈ হৌরকফম্

তাইবং পানবদা হকচাংসিনা লেংঙকপা অতুবু নোইবা কৌই, হায়বদি জগোয় কৌই। অঙাং চোংবদা তাদিং-তাদিং, তিং-তিং হাযনরিবা অসি অহানবগী পুংলোননি, অহানবা খোঙ্থোক্লা ঈশৈনি। অঙাং চোংবদা "নুমিৎনা কাম্বিঙৈ কাহৌরো, থবীনা ৱাংলিঙৈ ৱাংহৌরো, চাউরো শাংও" অসিনা ঈশৈগী শরুক অহানবনি।

## মৈতৈ জগোয়

লৈশেমঙৈদা গুরুগী য়াথং মতুংইন্না অশিবনা মালেম শেমঙৈদা হারাবা (কোনজিন্‌ তিংনা) মালেম অসিবু থুগাইবা হৌরক্লবদা শিদবা মপুনা ওইগী কৈবোমদগী খুৎনা তাহ্নুনা নোংথাংলৈমবু পুথোক্লগা হারাববু থেমজিননবা হায়বা, নোংথাং লৈমনা জগোয় শাহ্নুনা হরাববু শুমহৎপা, অতুগা নোংথাং লৈমনা কোনজিনতিংগী মাংদা শুমহৎনিংঙাই ওইবা (শক্তমদা) জগোয় শাথেক্লাঙাওরবা কোনজিনতিংগী থম্মোইবু ফাজিন্দুনা থম্মাখি। অমুক্না নোংথাং লৈমদগী মৈতৈ জগোয় হৌরকখি।

— ঈনংৎকী জগোয় কন্না হৌরকপা

সুভাকুমার ১৯৭৪ লা: ৩৩—৩৫

## "জগোয়"

তাইবঙ মীওইবনা লোল থোক্লিবৈ অমম্বুং শেমদ্রিবৈগী মতমদা মীওইবনা ব্রা ঙাংথোক্তনা হকচাংগী শাথেক কয়ানা হাই হুমহুনা অমদি মিৎ-নানা ইঙ্গিত তৌহুনা পুক্লিংগী ব্রাখলবু মপান্দা পুথোক্লগা মীওইবদা ফোংদোকপা মহুনা মীপুম খুদিংমক্তা ভাব তাগনবা ঙম্বগী মওং মতৌ অহুবু—'জগোয়' হায়না কৌই।

## জগোয়গী থোঙলোন্ খুৎলোন্ পুথোরক্পগী—মওং ঃ

১। খুৎপীগা খুদোম্বীগা মতোন অনি শন্নববু চগো শাবা কৌই। কোল্লিবা অহু অহানবা তাইবং মপুগী মশক্কি। অহুগা অকোয়বা পালাগী মকোয় অহুস্থু "চগো শাবা" কৌই। চগোদগী কোয় হারবগী "জগোয়" কৌই।

২। খুৎ চা-মঙানা থেক্তুনা শাবা জগোয়বু "অনোইবা" কৌই।

৩। হকচাং থেক্লা খোয়না শাবা শাথেকী জগোয়বু "নোইবা" কৌই। নোইবা অনোইবদি নোইয়ে হায়রগা অনিমক খঙনৈ।

৪। খুৎ থিনবা হাইবা খুৎকী খুদমনা ব্রা মরোল খঙনবা পাউথোংনা শকপা ঈশৈ অহুবু পাউশাবা হায়বদগী "পাউশা" কৌই।

৫। খুবাক খুরগা খুৎথেক খোঙথাংগা কোন্নগা খোঙকাপ চানা শাবা জগোয়বু "খেনচো" কৌই।

৬। খুৎ শন্নরগা পরেং শানা কোয়রগা চোংবদা লাইগী পাউতাক ঈশৈ শক্লবদি "ঔগরি" কৌই। ঔগরি লাইরোন শক্লবদি খোঙ লেঙহৈদে। ঔগরি হংগেল শক্লবদি খুদাং হংচি পায়না শন্নরগা শকনি।

৭। শাগল কাওখৎলগা ফন্দোক্না খুং হাইবা, য়েৎলমদা হাইরগা উপ্পা নৈবা ওইরমদা হইরগা লোংনা নৈবা চোংথোক চোংশিন নেৎপা পাফনগী মথেক্তা চোংবা খোঙথাং কায়দনা মথং মনাউ নাইনা চোংবা অসিবু "চোইরিক থেঙ্গৌ" কৌই।

৮। পান্থাম নাম্মা কোল্লপ তৌনা থাঙ্গৎলগা শাবা জগোয়বু সীরু শাবা কৌই।

৯। খুং অনিগী খুৎতোন মচা নিপালসি শম্নগা খুৎপী অনি য়েৎশিন্নবা অহবু "লাইরু শাবা" কৌই।

( মৈতৈ জগোয় অনোইরোল অহানবা শকক )

শ্রীখুমল্লম্বম য়াইমা, রাজ পণ্ডিত,

১৯৭৯ লা: ১—২, ৩

## নৈনবা বাহং

১। জগোয় করম্না ওইরকখিবগে ?

২। মৈতৈ জগোয় কনানা হৌদোকখিবগে ?

৩। জগোয় কদায়বু কৌবগে ?

৪। জগোয় ইশৈ পুথোরক্লবগী মথল মাপল অহু শুগাইনা ইয়ু।

---

কুইঙবা চহী মশিং হায়ঙমদ্রবা মতমদগী লৈরক্রবা জগোয় ইশৈ অমদি কনানা কনাদা তম্বীখিবা মখল কয়া লৈবা হায়বা অদু পান্থোইবী খোংকুল কৌবা পুয়া অমদি ওগ্রী লাইরোলনচিংবগী রারাল অসি অনোয়রোলদা শেংনা তাকই। অসিগুম্বা জগোয় ইশৈ অসিবু অমুক মখল ৩/৪ থোক্না খায়দোকই। মতদি :— ১। পান্থোইবী জগোয় ২। মোইরাংগী জগোয় ৩। চকপশিংগী জগোয় ৪। সৌবোন য়াইরেন চন্নুগী জগোয় হায়রিবা মখল মরি অসিন।

## পান্থোইবী জগোয়

লম অথোইবা অফবা মফম লাইগী খুবম মহৌ ফাইবোকচীঙদা পান্থোইবীনা মপা লাইরেন নিংথৌ তাউরোইনাইগা লোইননা জগোয় শায়। মপা মচা অনিগী জগোয় চুংশিন্নবা অদু উবদা শবি লাবা, অমোম মচাশিংনচিংবা জীব পুম্নমক হৌতুনা জগোয় শায়। অসুম্না অহানবা জগোয় তমফম চীঙ (মহৌফাইবোক চীঙ) দা কোন্দে খুৎচুম মাইনা পান্থোইবীদা জগোয় তম্বীখি। অসুম্না পান্থোইবী জগোয় ওইরকখি।

## মোইরাংগী জগোয়।

লাইনিংথৌ সরারেন্না লাইরৈবাক্তা শাখিবা অদুগুম্না চপ মান্নবা মোইরাংগী লম— কেগে লমকোয় পুংদা ঙাংঙোই কৌবা লমগা শাংদোন লাইনৌতা কৌবা লমগা লমখৈ অনি তাইনবদা মতম

মুইনা পুনশিন্নবা উপোংথা পাবী উশাদা পাম্মোইবীনা লমখুঙ্গ ওইনা শাইগুন তৌহনা পাইরক্লগা উশা থক্তা তোংহনা থেক্লা খেক্লা নোয়মা পোঙনা জগোয় শাই। অসুন্না পাম্মোইবীনা শাইগুন ভৌরগা মোইরাংগী লমদা মোইরাংগী জগোয় পুথোকখি। অসিদনা থিংকোল মোরিবিচা কৌবা থাংজিং লাইগী অমাইনা জগোয় অসি শেমখি।

## "চকপগী জগোয়"

হরিচক্তা সরারেন্না শাই, সরারেন্না শাখিবা জগোয়বু চকপগী লুচিংবা লাই শরাংবা কৌবা মশা-মউ রাংচাউবা অরাংবদা লৈবা পুন্নমকপু উব ভম্বগী মতিক লৈরবা শরাং মেলোংবগা মেলোং হামেংমিংকা অনিনা য়েংলকপদা তনৌরবা শজি অমবু উরহনা তান্নরকপদা কোরৌ নোংমদোন্দা লাইবঙ থৌশিংগা লাইরেম্মশিংগা হরাও তয়ামহনা জগোয় শারিববু উরকখি। চকপগী লুচিংবা শরাং মেলোংবনা ময়ুমদা লাক্লগা জগোয় তমকম-শঙ শাহনা লাইরৈবাক্তা শাখিবা জগোয়বু ওয়াইহনা চকপশিংদা তমবিখি। অসুন্না মথং মথং তম্নহৌহনা চকপশিংগী জগোয় অসি ওইরকখি।

## সৌবোন রাইরেন চনুগী জগোয়

## অঙোমগী জগোয়

খাইনা মমাংৈঙগী নিংথৌ মহেন্দ্রনা শাইগুন তৌরক্লনা নিংথৌ মপুথিবা ( পুথিবা ) কৌরগা খুরাই খুনকম অফবা, নিংথৌগী কোম্মং

অশেংবা থুয়াই অহোঙবগেদা পাঙ্কক্তৈদা লোংঙা চুমিং লমদা য়ম্বা হৈবেম্মা সৌবোন মাইরেন চঙ্গা মনাও ইবেম্মা লমদম ওাইমিং অতোনবী-গা "নচিল মনাও নখোয় অনি ইপাগী লোতাবা মতম ওইরক্লে লোতারু" হায়না থৌদাংখি। সৌবোন মচিল মনাও অনিনা চেংলৈ লমগী উয়াম হৌবা লমদা লোতাখি। অমুক্তা লাইরেম্বী মচিল মনাও অনিনা লো ঙানবগী মতৌ অমম্তুং কোক্কৌ-হনবগী মতিকপু থোঞ্জেল থোম্থাং মাম্লনা শকথিবা ইশৈদগী লোতা ইশৈ অমদি লোতা জগোয় ওইরকখি।

## নৈনবা ঋহং

১। পাম্মোইবী থোংকুল ১মুং অনোয়রোলদা জগোয় ইশৈ মখল ৩/৪ অহুদা য়াওরিবা (ক) পাম্মোইবী জগোয় (খ) মৌইরাংগী জগোয় (গ) চকপগী জগোয় অমসুং (ঘ) সৌবোন মাইরেন চঙ্গী জগোয় মখল ঃ অসিগী মরমদা ওপাইনা ইখু।

## পারা—৩

## নাট্য শাস্ত্রগী জগোয় মথল

নাট্য শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না জগোয় হায়বা অসি মথল অহুম থোক্না থাই.দোকই মহুদি : নাট্য, নৃত্য অমসুং নৃত্ত অহুম অসিনি।

### 'নাট্য'

থাইনগী অরিবা মাঙ্গি রাখোওদমক থৌগা অমসুং শাবগী মতৌ অহুবু 'নাট্য' হায়না কৌই।

### 'নৃত্য'

রস ভাব ফোংদোক্না অমদি হকচাং লেংবা ওৎপা তৌদুনা শাবগী মতৌ অহুবু 'নৃত্য' হায়না কৌই।

### 'নৃত্ত'

রস ভাব ফোংদোক্না চুমথগী হকচাং লেংবা ওৎপা তৌদুনা অমসুং শাবগী মতৌ অহুবু 'নৃত্ত' হায়না কৌই।

### নৈনবা বাহং

১। নাট্য শাস্ত্রগী জগোয় মথল কয়া অব.গ ? মথলশিং অহুগী মরমদা তাগাইনা ইয়ু।

---

## শারা—৩

## থাবল চোংবা

মৈতৈ কুরুপ ঐখোয়না থাবল চোংবা হায়বা অসি লৈশেম-ঙৌদা অশীবা অমসুং হায়বা (লৈথিঙ্গায়) মখোয় অনিবু খেমজিনবগীদমক লাইরেম্বী তরেৎনা লিরোন পৌশা ইশৈ শক্তুনা মখৌ মতম তাকথিবা অত্তুদগী মতৌ তমত্তুনা ঐখোয়না লমদা থা অসিদা মুপা ... পুন্নমক্লা খুদাং হংচি লাকনা (খুজেং পান্নোয়ননা) থাবল ফরবা মতমদা হয়াও মখোয় কাত্তুনা তাল অমগী মথক্তা নেৎতুনা চোংবা ফলবগী মওং মতৌ অত্তুবু "থাবল চোংবা" হায়না কৌই। অসুম্না অথঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা মত পিরি।

অতোপ্পা রাক্ষম অমনা অরিবা কুমবু কুমথাইবা অনৌবা কুমবু কুমওকপা অরি অনৌ তাইনকম থা অসিবু লমদা থা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা থা অসি বসন্ত ঋতু ওইরকপা মরমনা উ রা, উরি-রারি, নাপী শিংবী পুন্নমকী য়েংনিং ছনবা মতমনি। অত্তুনা তাইবং মীওইবা পুন্নমকসু থম্মোই ইরাং হৌবা হায়বসে মহৌশানি। মরম অত্তুনা লমদা থাগী থাবল ফবা মতমদা লৈশা পাখঙশিংনা খুজেং পান্নোইনরগা শকথঙ মাইখঙনজত্তুনা হয়াও মথোই কাবা হায়বসে হৌনশানি। মহৌশানা লমদা থাসি লাইয়ামশিং অমসুং শরোই ঙারোইশিংগী হয়াও মথোই কাবা মতম ওইবনা থাবল চোংবগী অরোইবা হুমিং অসিদা লৈবাকী য়াইফ-নুংঙাইবা, খুঙ্গাও লৈচাউবা, চাদা নৌদা পীবীবা অমসুং পুক্নি মরা চেৎনা পানজনবগী-দমক লৈশেমলোন শান্নরবগী তুংদা লাইরেম্বী তরেৎনা অশীবা অমসুং

পাখঙবা অনিবু থেমজিন্নবা শকখিবা লিরোন পোশা ইশৈ :— লিক শারি লিক শারি লিকতা লিকশা, লিকশা পয়েং অসিগা কোম্নরা কেক্কে কে কে মো মো য়া ঙাই শম্বা শ্যাও শ্যাও তোকপগা কাম্বগা কৈগা য়েনগা য়েনথোং ফত্তে চাশিল্লো লাইগী য়েননি চাকদে হায়রিবা লিরোন পোশা ইশৈ অসি শক্তুনা অমসুং চোংতুনা শান্নরবগী তুংদা মুমিং কয়ানিমরুম লাইয়ামশিং অমসুং শরোই ঙারোইশিংগা লোয়নননা থরায় মপান থোকনা হরাও মথোই কামিন্নরুবা অত্থু খাইদোক্লরবদি য়াদবা মরমনা, লাই ফত্তবা শরোই ঙারোই ফত্ত হৌদি তিনমু লাইমু পুন্নমকপু হাওরে খানা পাংবদা হোইথরম্লগা অফবা ঙাক্তবু অরাং পাংনা মথং মথং হোইগংলক্তুনা থুল অত্থুগী লৈকায়গী উমং লাইদা তাইনরবগী তুংদা তাইবং মীওইবা পুম্বগী থরাই মীবু কোনশিনজরগা সনামহি ইবুংঙোদা তাইনবা লোইরবগী তুংদা থাবল চোংবা অসি লোইশিল্লি।

## নৈনবা বাহং

১। থাবল চোংবা কদায়দবু কৌবগে?

২। লাইরেন্নী তরেৎনা অশীবা অমসুং পাখঙবা অনিবু থেমজিন্নবা শকখিবা লিরোন পোশা ইশৈশিং অত্থু ইয়ু।

৩। থাবল চোংবগী কান্নবা মরম পুন্নমক ঙুগাইনা ইয়ু।

---

## পারা ৫
## শরোই থাওবা

লাইরেম্বা লাইরেম্বীময়াম্না অরাং কৌক্রু চিঙ দানদগী হিবু হোন্দুনা অচৌবা ইপাকপু লাল্লগা নোংপোক লৈহৌ চীঙ হায়না খঙনরিবা নোংমাইজিং চীঙদা থুংখি। লাইয়াম্না নোংমদোন পঙ্গা ন্নাংলবা নোংপোক লৈহৌ চীঙবু থুগাইহুনা ইপাক ইচাওদা থাদখি। অস্তুম্না থাদরকপনা মমৈথংদা ঈশিং অস্তুম কংথখিহুনা মালেম লৈশা ফাওরক্লে, লৈশা ফাওরকপা উবদা হরাউহুনা লাইরেম্বা লাইরেম্বী ময়াম্না চীঙগী লৈবাকপু চাইরহুনা হরাও মথোই কারিডৈ মতমদা শরোই ঙারোইশিংনা হোৎল্লিক্কুনা নৌনা লৈশা ফাওবা অকংবা লম অহুদা য়ুম কৈ শাহুনা লৈথোক্লে, শরোই ঙারোইশিংগী মবুক ফত্তবসি উবদা লাইয়াম্না তাথিরহুনা শরোই ঙারোইশিংগা লালথেংনখি। মথং মথং মুমিৎ কয়ানিমরুম শোক্লরক্লবা মতুংদা লাইয়ামশিংনা লালঙমলে। শরোই ঙারোই পুন্নমকপু তাম্থোক্লে অমংহুং ময়ুম মকৈ পুন্নমক মৈ থাদোকলে। লাইয়ামনা নৌনা ফাওরকলিবা মালেম লৈশা অহুদা খুললিংনবা শেম শারে। লাল ঙম্বগী মুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা লাইয়াম্না হরাও কুম্মৈ কয়ামরুম তৌহুনা শাম্লে। মতাং অসিদা লালঙম্বগী মুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা হরাও কুম্মৈ তৌবা অসিদা লালদা মাইথিপ্রবা শরোই ঙারোইশিংনা অমুক হেন্না মবুক্তা তাথিবা পোক্কুনা মতম শাংনা য়েংথিনগ্নবদি লাইয়ামনা খুনশেম লৈশেম্বদা অকায়বা কয়া থোক্লকপা য়াই হায়না খল্লহুনা শরোই ঙারোইশিংবু পেলহল্লগা মখোয়গা

চান্নবা য়াননবা মরম খনবা হৌরক্লে। শরোই ভারোইশিংবু থেম নৌতুনা মখোয়গী পীক্ষম থোকপা চাকথা পীতুনা শরোই ভারোইশিংবু খাঙদাকলে। লাইয়ামগী মতৌ অসিদা পেল্লহুনা শরোইশিংবু লাইয়ামগী হরাও কুম্মে অতুদা য়াওহুনা হরাও তয়াম্মীনারে। লাইয়ামনা মখোয়গী হরাও মথেল অমা ওইনা লমলেন লমদাইপুং কাংপোকপিদা শগোল কাংজৈ শাম্লখি। শন্নখিবা মুমিং অসিবু লমদা থাংজ অহানবা হয়না খঙনরে। অস্তুম্না লাইয়ামনা শরোই ভারোইশিংগীদমক্তা পেন্ননবা হায়হুনা মখোয়গী পীক্ষম থোকপা চাকথা পীতুনা খাঙদোকখিবা অসিদগী হৌরহুনা লমদাগী অহানবা থাংজ মুমিং অসিদা শরোই খাঙবা হায়বা অসি চৎথনরকখি।

লৈশেমডেদা য়াওখিবা লাইরেম্বী তরেৎনম্ব শরোই খাঙখি। শরোই খাঙখিবা লাইরেম্বী তরেৎকী মমিংদি হৈবোক লৈমা মোনশামবী, ললহামবুং লৈমা হেমোইবী, নোংমৈবুং লৈমা ইমোইনু, লাংজিং লৈমা পিয়াইনু, চিঙঙা লৈমা লানহৈবী, পিশুম লৈমা শাফবী অমসুং লিল্লা লৈমা তেংগোল চাইবী অসিনচিংবা অসিনি।

(ক) তেম পায়বী (খ) য়াংকোকপুবী (গ) থাঙ্গোল পায়বী (ঘ) হুমাই পায়বী (ঙ ঈশিং চকু পুবী (চ) শিংমীৎ শিংনাং পায়বী (ছ) য়াম পুবী লাইরেম্বী তরেৎ অসিনা খা-ব্রাং নোংপোক নোংচুপতা লৈপাকী চুপ পুবা লাই পেন্ননবা অমদি লাইয়ামশিংবু পেন্ননবা শরোই খাঙটী। অস্তুম্না নিংথৌনা লৈবাকী য় ইফনবগীদমক কোন্নুংগী মাইকৈ মরিদা শরোই খাঙই। খুল খুলগীনা, খুল অতুগী লৈকায় অতুগী য় ইফনবগীদমক লাইরেম্বী তরেৎনা অমদি লাই-য়ামশিংনা তৌখিবা মতৌ অতু তমহুনা ইমা-ইবেললিংনা খুলগী

লমলোং অহুম ফাংবদা শরোই খাউই। অসুম্না কুম অমগী অরি অনৌ শিন্নবা লমদা থাগী অহানবা থাংজ মুমিং অসিদা লাই কত্তবা শরোই ভারোইশিংবু খাউদোক্লগা অমসুং গেলহল্লগা কত্তহৌদি অয়েং অকায় লাইচং লাইনা অমদি তিনচেন লাইচেনবা থোক্তনবা অমসুং লৈবাক্কী য়াইফনবা, পুক্নিং মরা চেংনা লৈজবা ভমননবগীদমক মীওইবা ঐখোয়না শরাই খাওবা হায়বা অসি ওসি ফাওবা চৎথনরক্লি। অসুম্না মৈতৈ পুয়ানচিংবা অথঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা মত পিরি।

## নৈনবা ৱাহং

১। শরোই খাওবা করম্না ওইরকখিবগে? লমদা থাংজ অহানবদা শরাই খাওবনা করি কান্নবা পুরকপগে?

২। শরোই খাওবদা য়াওরিবা লাইরেম্বী তারংকী মমিংপা লোয়ননা মাগী মাগী শিন্থা থৌরমশিং অহুসু তাকু্না উৎলু।

---

## পাম্না ৬
## মৈতৈ পুং হৌরকফম

মৈতৈনা ‘পুং’ হায়বা অসি লৈথক লৈখারোল পুদিলনচিংবা লাইরিক্তা য়েংলবদা অহানবদা মতম থঙননবগী অককনবা মতম অমবু ‘পুং’ হায়না কৌই। মতুংদগী লৌছনা জগোয় ইশৈগী মতম পিনবা থম্বুম ‘পুং’ হায়না কৌনথি। পুং হায়বা অসিনা

হৌখিবগী-রা, লাইরিক অনি অসিদা ইরিবদি, তাইবং পানবা অমি পাননবগীদমক লৈবাক অমি শেম্বা মতমদা, লাইবুংথৌ মাপাল লাই সুম্বা তরেৎকনা লৈশেম্বদা লৈপুং ৮/৮ শুবদা মথোয়না পোথাহুল্লা যু থকই। মতম অদুদা লাই সুম্বা অমগী মখুৎতগী যু থকুবা উতোং অতু নাম্থোতুনা লৈবাক্তা তোং লাওনা তাখি। যু থকপা মতমচানা তায় হায়তুনা তাল কৌখি। মখোয়না যুথক ৮/৮ শুবদা যুথক অমা ওই। অসুম্না লৈপুং অমা শেম্বগী মতমবু 'পুং' অমা কৌরে। মতম তাক্রবগীদমক উতোংগুম্বা মমায় নামতা পানবা পোৎতা শউন্না কুপশিল্লগা পুং তাক্রবা অমা শেমলে। মতুবু তাল হায়নবা পুং হায়বদগী "তালয়ৈপুং" হায়না থোল্লে।

মতৌ অসুম তৌনা মতমগী মতাং অমসুং মতু তাক্রবা যন্ত্র অনিমকপু 'পুং কৌরে। অতুগা পুং মমায় নামত পানবনা মতম তাক্রবা তালয়ৈপুং হায়না কৌবগা জগোয় ইশৈনচিংবগী মতম পিনবা পুংদি মমায় অনি পাল্লে। মসি তিংখিরনা চকপা তিংশাংনা হায়না "চকপাতিনশাংলোন্দ" ইরি। মতুগী মতুংদা খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীদা মৈতৈ নিংথৌ খোইয়োম তোপোক্পা মরু মনাও খুইথবা পুং অসি শঙুং-মউন্না তিংবা হৌখি।

## নৈনবা বাহং

১। মৈতৈ পুং করম্না হৌরকখিবগে ? মতুগী মরমদা নখোয়না খঙবমখৈ ইয়ু।

## পার— ৭

মৈতৈ জগোয় হৈগে হায়রবদা চিন্দা পুংলোন পুবা নত্রগা য়ৈবা হৈতবা ইয়ামক য়াত্রবনা পুংলোন পাবা অমসুং হৈনবগীদমক তাল, মাত্র অমসুং হায়দোকপা উৎতুনা খুদমগা লোয়ননা মখাদা তাকলি ।

### "তাল"

মতমগী অতেন অশাং তমননববু 'তাল' হায়না কৌই।

### "মাত্র"

তাল অমদগী তাল অমফাওবগী মতম অতেন অশাং কুপ্পা চৎলিবা অদুবু 'মাত্র' কৌই।

### "লয়"

তাল অমদগী তাল অমফাওবগী মসুংদা চৎলিবা খোঙচৎপু 'লয়' হায়না কৌই। লয় মখল অহুম থোক্না খায়দোকই মদুদিঃ— অতপ্পা লয়, ময়ায় ওইবা লয় অমসুং অথুবা লয় অসিনি।

পুংলোনগী মথক্তা + খুদম অসিবু লৈরবদি য়েংং হায়না খঙনগনি। লোয়ননা খুদম অসিবু ঐখোয়না 'তাল' হায়না খঙনগনি

পুংলোনগী মথক্তা ০ ওইন্য খুদম অসিবু লৈরবদি ওইনি হায়না খঙনগনি। লোয়ননা খুদম অসিবু ঐখোয়না হায়দোকপা হায়না খঙনগনি।

খুদম :—

+ ০

। ধিন — তেন। ত ঃ ধিন ধেন।

মথক্তা লৈরিবা তিনশিনবগী খুদম অসিবুনা "তাল" নি অহুগা শুইন্য খুদম অসিনা হায়দোকপনি।

## পুংলোন্ ইবা অমসুং পাবদা শিজিন্নবা খুদমশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মাত্র অমগী খুদম | — | লৈই অমা |
| ২। | ,, অনিগী ,, | — — | লৈই অনি |
| ৩। | ,, অহুমগী ,, | — ,— — | ,, অহুম |
| ৪। | ,, মরিগী ,, | — — — — | ,, মরি |
| ৫। | ,, তংখাই (৫০) | | বিসর্গ |
| ৬। | ,, মশুং (২৫) | | শুইন্য অমা |
| ৭। | মাত্র অমদা শ'গী খুদম | | (তা) |
| ৮। | ,, অনিদা ,, ,, | | (তা তা) |
| ৯। | ,, অহুমদা ,, ,, | | (তা খি তা) |
| ১০। | ,, মরিদা ,, ,, | | (ত ত খি তা) |
| ১১। | তাল অমমমবু খণ্ডনবা খুদম | | চৈখৈ অমা |
| ১২। | পুংলোন হজিন্না য়েনবগী খুদম | | চৈখৈ অনি |

## মৈনবা বাহং

১। তাল, মাত্র অমসুং লয় কদায়বু কৌবগে?

২। পুংলোন ইরগা তাস্থা হায়দোকপা উৎতুনা তাকউ।

৩ পুংলোন ইবদা শিজিন্নবা খুদমশিং অহু লোইনা ইবু।

---

পাল্লা ৮

তাল চালি মাত্রা ৮

তাল ৩ হাইদোকপা ১

লয় অতপ্পা

(নং ১)

মপুং

| + | 0 | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| ধিন্ তেন্ | — তঃ | খিৎ তা — | ধেন্ তা ॥ |

অথাইবা

ধিন্ তেন্ । তেন্ তাং । — ধিন্ । থেন্ — ।

ধিন্ খর । খর তাং । খর খর । তাং খিৎ ।

তা ঘিন্ন । গ্র ধেন্ । — তা । তেন্ তা ॥

(নং ২)

মপুং

| + | 0 | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| তৎ তৎ | তৎ তঃ | খিৎ তা | ধেন্ তা ॥ |

অথাইবা

তা তেন্ । তেন তাং । — ধিন্ । থেন্ — ।

ধিন্ খর । খর তাং । খর খর । তাং খিৎ ।

তা ঘিন্ন । গ্র ধেন্ । ঘিন্ন গর । ধেন্ তা ॥

(নং ৩)

**মপুং**

\+ ০ ২ ৩

ধিন্ তেন্ । খর খর । তঃ ধিন্ । ধেন্ তা ॥

**অথাইবা**

ধিন্ তেন্ । তেন্ তাং । — ধিন্ । ধেন্ — ।

ধিন্ খর । খর তাং । খর খর । তাং খিৎ ।

তা ধিন্ন । গ্র ধেন্ । — তা । তেন্ তা ॥

## চালি অথোনবী

(নং ৪)

**মপুং**

\+ ০ ২ ৩

তা তঃ । ধিন্ ধেন্ । তঃ ধিন্ । ধেন্ তা ।

ধেন্ তঃ । ধিন্ ধেন্ । তঃ খিৎ । তেন্না তেন্না ॥

**থাইনবা লোঁফম।**

\+ ০ ২ ৩

তা তঃ । ধিন্ ধেন্ । তঃ ধিন্ । ধেন্ তা ।

ধেন্ তঃ । ধিন্ ধেন্ । তঃ — । খর খর ॥

**অথাইবা পুংলোন।**

\+ ০ ২

তা তঃ । ধিন্ ধেন্ । তঃ — । খর খর ।

তা তঃ । খিৎ তা । তেন্ তা । তাং — ।

তা ধিন্ন । গ্র ধেঃ । — তা । তেন্না তেন্না ॥

## লয়—তপ্‌থয়া।

### ( নং ৫ )

মপুং

| + | ০ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| ধিন্‌ তেন্‌ | — তত | তঃ তেন্‌ | তঃ গ্রগ্র |
| তঃ তেন্‌ | —- তত | তথিৎ তাধেন | তগীম ধেত্ত |

অথাইবা

| + | ০ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| ধিন্‌ তেন্‌ | তেন্‌ তাং | — ঘিন্‌ | থেন্‌ — |
| ধিন্‌ খর | খর তাং | খর খর | তাং খিৎ |
| তা ঘিন্ন্‌ | গ্র পেন্‌ | — তা | তেন্‌ তা |

### ( নং ৬ )

মপুং

| + | ০ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| তা তেন্‌ | তেন্‌ তঃ | তত তত | ধেন্‌ তঃ |
| তা তেন্‌ | তেন্‌ তঃ | তত তত | তেন্‌ তঃ |

অথাইবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| তা তেন্‌ | তেন্‌ তাং | — ঘিন্‌ | থেন্‌ — |
| খিন্‌ খর | খর তাং | খর খর | তাং খিৎ |
| তা ঘিন্ন | গ্র ধেন | ঘিন্ন গর | ধেন্‌ তা |

(নং ৭)

মপুং

| + | ০ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| ধেঃ ধন্ত | তত খিত্তা | ধন্ত তত | খিত্তা তেন্তা |
| তাং ততেন্ | তত খিত্তা | তত তত | খিত্তা তেন্তা ‖ |

অথাইবা

| + | ০ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| ধিন্ তেন্ | তেন্ তাং | — ধিন্ | থেন্ — |
| ধিন্ খর | খর তাং | খর খর | তাং খিং |
| তা ঘিন্ন | গ্র ধেন্ | ঘিন্ন গর | ধেন্ তা ‖ |

(নং ৮)

মপুং

| + | ০ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| ধিন্ ঘিন্না | ধেন্ ধিন্ | ঘিন্না ধিন্ | তেন্ তা |
| তঃ খিত্তা | তেন্ ধিন্ | ঘিন্না খিন্ | ধেন্ তা ‖ |

অথাইবা

| + | ০ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| ধিন্ তেন্ | তেন্ তাং | — ধিন্ | থেন্ — |
| ধিন্ খর | খর তাং | খর খর | তাং খিং |
| তা ঘিন্ন | গ্র ধেন্ | তা ঘ্রিন্ | থেং — ‖ |

## লোংলৈ উপলৈগী পুংলোন্।

\+ ০ ২ ●

ধিন্ ধেন্ | খিং তা | তঃ — | থেন্ ঘিন্নগ্র |

ঘিন্ তেন্তা | খিতা তেন্তা | খিত্ত তগীন্ | তত খিত্তা |

খিত্র গ্রঘিন্ | তাঘিন্ থেৎ | ধেন্ — | — — ||

### লয় তপথবা

### ( নং ১ )

**মপুং**

\+ ০ ১ ●

ধিন্ ঘিন্তা | ধেন ধিন্ | তেন্ তা | তঃ — |

ধিন্ ঘিন্তা | ধেন্ ধিন্ | তেন্ তা | ত — |

ধিন্ তাতেন্ | ঃতা তঃ | তা তাতেন্ | ঃতা তঃ |

তা তত | তত খিত্তা | তখিং তাং | খিং — ||

**থাইনবা লৌফম**

ধিন্ ঘিন্তা | ধেন্ ধিন | তেন্ তা | তঃ — |

ধিন্ ঘিন্তা | ধেন্ ধিন্ | তেন্ তা | তঃ — ||

ধিন্ তাতেন্ | ঃতা তঃ | তা তাতেন | ঃতা তঃ ||

\+ ০ ২ ●

ধিন্ ধেন্ | খিং তা | তঃ — | থেন্ গীন্নগ্র |

ঘিন্তা তেন্তা | খিত্তা তেন্তা | খিত্ত তগীন্ | তত খিত্তা |

খিত্র গ্রঘিন্ | তাঘিন্ থেৎ | ধেঃ — | — — ||

(নং ১০)

বোল

| + | | 0 | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্তু | তত । | খিত্ত | তখিং । | তাং — | । | ঘিন্ — | । |
| তত | তত । | খিত্ত | তখিং । | তাং — | । | ঘিন্ — | । |
| ধন্তু | তত । | খিত্ত | তঃ | । তত তত । | | খিত্তা তঃ | । |
| ঘিন্না ঘিন্না । | ধেঃ | ঘিন্না | । | ঘিন্না ধেঃ । | | ঘিন্না ঘিন্না ॥ | |
| + | | 0 | | ১ | | ৩ | |
| খিন্ | ধেন্ । | খিং | তা । | তঃ — | । | খেন্ — ॥ | |

(নং ১১)

মপুং

| + | | 0 | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্তেং | :ঘিন্ । | তঃ | ধেন্ । | তঃ | ধেন্ । | তঃ | — । |
| ধন্তেং | :ঘিন্ । | তঃ | তেন্ । | তঃ | তেন্ । | তঃ | — । |
| — | তেন্ । | — | তঃ । | — | তেন্ । | তঃ | — । |
| — | তেন্ । | — | তঃ । | তত | গ্রগ্র । | গ্রাং | — ॥ |
| খিন্ | ধেন্ । | খিং | তা । | তঃ | — । | খেন্ | — । |

অথাইবা

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্তেন্ | :তা । | খিত্তা | ধেন্ । | তাখিং | তখিন্ । | :তা | তেন্ । |
| তাং | তত । | তত | খিত্তা । | তঘিন্ | ধন্তেন্ । | :তা | খিত্তা । |
| খিন্ | খিন্ । | খিং | তা । | তঃ | — । | খেন্ | — ॥ |

লোংলৈ অথাইবা

| + | | 0 | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিত্তা | তেত্তা । | খিত্তা | তেত্তা । | খিত্তা | তঘিন্ । | তত | খিত্তা । |
| খিত্র | গ্রঘিন্ । | তগীন্ | খেং । | খেঃ | — । | খেন্ | — । |

(নং ১২)

**মপুং**

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিন্ | খিন্ । | — | তা । | ধেন্ | — । | খিন্ | — । |
| — | খিন্নগ্র । | খিন্ | ধেন্ । | তৎ | ধেন্ । | তঃ | খিন্ । |
| তাং | — । | — | তা । | তেন্ | — । | তঃ | — । |
| তত | খিত্তা । | তঃ | তত । | খিত্তা | তঃ । | তত | খিত্তা ॥ |

**খাইনবা লৌফম**

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিন্ | খিন্ । | — | তা । | ধেন্ | — । | খিন্ | — । |
| — | খিন্নগ্র । | খিন্ | ধেন্ । | তৎ | ধেন্ । | তঃ | খিন্ । |
| খিন | ধেন্ । | খিং | তা । | তঃ | — । | — | — ॥ |

(নং ১৩)

**বোল ৪ রক হনবা**

| + | | ০ | | ২ | | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিত্তাং | :তা । | তখিন্ | খিন্ । | তাতেন্ | ত্রগ্র । | তখিন্ | খিন্ । |
| তাতেন্ | ত্রগ্র । | তেক্কা | খিত্তা । | তখিন্ | খিত্তাং । | :তা | খিত্তা । |

ঘিন্তাং :তা । খিত্তা ঘিন্তাং । :তা খিত্তা । ঘিন্ তাং ।
খিং তত । তত খিত্তা । তঘিন্ ঘিন্তাং । :তা খিত্তা ॥

লোংলৈ

+ ০ ১ ২
ধিন্ ধেন্ । খিং তা । তঃ — । থেন্ ঘিন্নগ্ ।
ঘিন্তা তেন্তা । খিত্তা তেন্তা । খিত্ত তগিন্ । তত খিত্তা ।
খিত্র গ্ঘিন্ । তাগিন্ থেৎ । ধেঃ — । — — ॥

( নং ১৪ )

মপুং

+ ০ ২ ৩
তৎ তেন্ । ধিন্ — । তৎ ধেন্ ধিন্ ঘিন্নগ্ ।
ধিন্ তেন্ । ধিন্ — । তৎ তেন্ তঃ — ॥

অথাইবা

+ ০ ২ ৩
তৎ তেন্ । ধিন্ — । তৎ ধেন্ । ধিন্ ঘিন্নগ্ ।
ধিন্ ধেন্ । খিং তা । তঃ — । থেন্ ঘিন্নগ্ ।
ঘিন্তা তেন্তা । খিত্তা তেন্তা । খিত্ত তঘিন । তত খিত্তা ।
খিত্র গ্ঘিন্ । তঘিন্ থেৎ । ধেঃ — । — — ॥

( নং ১৫ )

\+ ০ ২ ৩

তা খিত্তা | তা· ধেন্ | তঃ ঘিন্ | ধেন্ ত্তা |

★ খিন্ তং | তেন্ তঃ | খিং তং | তেন্ তঃ |

★ খিন্ ধেন্ | খিং তা | তঃ — | ধেন্ — |

তখিতত খিত্তাধেন্ | তধিন ততখিত্তা | খিত্রগ্র ধেধে | ধিন্ধিন্ তেন্তা |

ইজিং

তখিতত খিত্তাধেন্ | তধিন্ ততখিত্তা | খিন্ ধেন্ খিত্তা | তঃ থেন্ গীগ্রগ্র |

খিত্তাতেন্তা খিত্তাতেন্তা। খিত্ততঘিন ততখিত্তা। খিত্রগ্রঘিন্ তঘিন,থেং। থেঃ — ||

( নং ১৬ )

\+ ০ ২ ৩

খিং — | তং — | — — | — — |

গ্র্ঘিন্ — | গ্র্ঘিন্ — | খিন্ — | — — |

তাতেন্ন তাং | — তাং | তাতঃ — | তাং — |

তেন্ তাং। গ্রগ্র তেন্তা | খিং তা | ত.ঘিন্ থেং |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন | তৎ | ত্রগ্র | তেন্তা | খিত্তা | তেন | ত: | — |
| — | — | — | — | তে | তাৎ | ত্রগ্র | তেন্তা |
| খিৎ | তা | তঘিন | থেৎ | ঘিন্ | তৎ | ত্রগ্র | তেন্তা |
| খিত্তা | তেন্ | ত: | — | — | — | — | — |
| তেন্ | ধিন্ | তেন্ | ধিন্ | তেন্ন | তেন্ন | তেন্ন | তেন্ন |
| তেন্ | ধিন্ | ত্রগ্র | তেন্তা | খিত্তা | তেন | ত: | — |
| ঘিন্ন | গ্রাং | — | গ্র | গ্রাং | — | — | — |
| খিৎ | তা | — | ত: | ঘিন্ | তা | ত: | — |
| ধিন্ | তেন্ন | তেন্ন | তেন্ন | তাৎ | ত্রগ্র | তেন্তা | খিত্তা |
| থেন্ | — | ধে: | ধে: | ধেন্ | তাখিৎ | :তা | ঘিন্ন |
| তাং | — | ধে: | ধে: | ধেন্ | তাখিৎ | :তা | ঘিন্ন |
| তাং | তাখিৎ | :তা | ঘিন্ন | তাং | তাখিৎ | :তা | ঘিন্ন |
| তাং | — | ধে: | ধে: | তাং | তখিৎ | :তা | ঘিঁন্ন |
| তাং | তঘিন্ | :তা | ঘিন্ন | তাং | — | — | — |

## (নং ১৭)

### বোল

\+ ০ ২ ৩

তাতেন্ তাতাং । তেন্তা তং । তাং — । ধেঃ ধেন্ ।

তাতেন্ তাতাং । তেন্তা তং । তাং — । — ধ্রধ্র ।

তা.তন্ তাতাং । তেন্তা তাং । তাং — । ধেঃ ধেন্ ।

তাতেন্ তাতাং । তেন্তা তাং । তাং — । তা থেন্ ।

ধিন্র ধ্র । তত্র ধ্র । তঃ — । তা থেন্ ।

ধিন্র ধ্র । তত্র ধ্র । তঃ — । তা থেন্ ।

ধিন্র ধ্র । ধিন্র ধ্র । ধিন্ ধ্র । ধিন্ ধেন ।

ধিন্র ধ্র । ধিন্র ধ্র । ধিন্র ধ্র । ধিন্ ধেন্ ।

ধন্ ঃধন্ । তাখিং তা । ধন্ ঃধন্ । তাখিং তা ।

তাংতত খিত্তা । তঃ ঘিন্নঘিন্ন । ধেঃ — । — — ।

### লোংলৈ

\+ ০ ১ ২

ঘিন্তা তেন্তা । খিত্তা তেন্তা । খিত্তা তঘিন । তত খিত্তা ।

খিত্র গ্রঘিন । তাঘিন থেং । ধেঃ — । — — ॥

পায়া ৯

কবুই জগোয় ইশৈ

চপ্পা-লাম ইশৈ।

অন্তাই লমা তুঙোলো
অতাই লমা তুঙৌনিশৈ
কুমৈ পুতু ঙোলো
অন্তাই লমা শোং
কুমৈ নংপু গুইয়ে
সক্কা তানা মৈঙোলো

থৈকদি মৈ-লাম্ ইশৈ

হে, অনশৈ থে
অনশৈ দৈথে লমলু তমলু
অনশৈ দৈথে আনৈ বমনা
রিঙা নবম খং
নংনি কাইপি মৈপুগু
আইনি কাইবা মৈপু গুখং দৈথে,
অনশৈ দৈথে আনৈ বল্লা
রিঙা নবম খং— ।

মথোম্-লাম্ ইশৈ

লেম লিরিউ অপুম অনমা লৈরো
ইঙৌনিয়ে নংপুম, গনজি রিউ
লেমা লিরিউ ইঙৌনিয়ে ॥

---

# অনিশুবা শরূক

অশীবনা পৃথিবী শেম্বা লোইরগা তাইবংপান অসিদা পাম্লনবা জীব শেম্বগী মরমদা সুংবঙননা লৈরিবৈদ্গা, গুরুনা মম্বা কাথোক্লুনা গুরুগী পীবুকসুংদা তাইবঙপানবদা পানগদবা জীব পুম্নমক উৎপিবা অদু উবদা অশীবনা সুংঙাইবগা লোয়ননা হৌদোক্লকপা অদুবু (লাই হোই লাউবা) কৌই। মতুগী মতৌ তমতুনা মীওইবনা লাইনা পেম্নবা থৌরাংবা অমসুং শাম্লবা অদুবু, "লাই হরাউবা" হায়না কৌই।

## লাই হরাউবগী কান্নবা

লাই হরাউবদা জীবনা মম্নাগী পীপুকসুংদা ঈ মতুম ওইনা লৈবৈদগী পোকপা, পোক্লগা য়ুম কয়া শাদুনা লৈবা, লৌ-উবা ফি শাবা অমসুং লৈশেম্বদা করম্না চৎতুনা শেমখিবা হায়বা তাকপা লাইরেনমথেক চৎপনচিংবা উৎতুনা শাম্লবনি। মসিনা মীওইববু খুনজাও লৈচাওবা পী।। মরম অসিনা ধর্ম্ম, কলা, অপাম্বা অমসুং অয়ানবা খুভম ফংবা ঙমবা লাই হরাউবা অসি শাম্লবনি।

### নৈনবা বাহং

১। লাই হরাউবা কদাইবু কৌবগে?

২। লাই হরাউবগী কান্নবা কদায়সো ঙাঁয়ু!

পাৱা—১

## লাই হরাউবা হৌদোক্‌খিবা

লাই হরাউবা হায়বসি ইহান হানবদা লাইয়ামা নোংপোক নিংথৌবু লাইগী সোৱারেন হাপ্পা। মতমদা লাইয়ামনা লৈ-লাংলগা শাম্নখিবা অহুদগী মতৌ তমহনা খুইগী মমাং শতাবাগী মরিগুবা অহুবাইদা খাবা লৈরেন থৈনা হৌদোকখি।

নমুপোং ঐখোয়না লাই হরাউবদা অহানবদা তৌগদবা মরু ওইবা থবক থৌরমদি ইকৌথনি। ইকৌথ্রিবৈগী মথাংদা অমাইবনা অহানবদা পুথ্রি নত্রগা তু.রলনচিংবা মফমদা কোনয়াই হনগনি, লৈযাই যুথাংগনি অসুং খয়োম লাকনি, অসিগী তুংদা মাইবীনা ঈকৌগনি।

### "ঈকৌবা"

ঈকৌবদা, মাইবীনা হিরি ফাল্লগা ঈশিংদা হাইহনা লাই ঈকৌ-খৎপা অহুবু 'ঈকৌবা' হায়না কৌই।

### "খয়োম"

লা লাতোন অহুম লোন্নবগী মথক্তা মেরুম, চেং, লাংথৈ, হৈয়ম তরেং, কবোক নাচল তরেং লোয়ননা কোনয়াই হাপচিল্লগা পম্নসন্ন পুনবা ময়োমবু 'খয়োম হায়না কৌই।

(ক) ঈকৌবদা য়াওরিবা 'খয়োম'দা অকলিবদি ঈমিং-থান-চিংবা পুন্নমক অমত্তা লৈত্রিবৈদা ভাইবগ পাববা মপুনা ঈশিং ক্রমদা করম লৈবা অহুগা লৈশেমনা করম তৌনা শেমখিবা হায়বা অহু উৎপনি।

(খ) খয়োমদা য়াওরিবা য়েরুম্না তাকপদি তাইবঙ মপুনা তাইবঙ পানবা অসি শেমজ্রিংঙৈগী মতমদা মথনত লৈবগী মওঙ উৎপনি।

(গ) খয়োমদা য়াওরিবা চেংনা তাকপদি তাইবঙ মপুনা লৈবা মফমদা মশীঙ নাইদনা পৃথিবীগুম তাইবঙপান কয়ানা য়োমহৎনা লৈবা উৎপনি।

(ঘ) খয়োমদা য়াওরিবা লাংথৈ, মপোপ অহুম থেৎপনা তাকপদি গুরুগী মশাদা লৈ শয়া, লৈঙাকপা ১সুং লৈতাইবা অহুমমক লৈবগুম্না লৈবা উৎপনি।

(ঙ) খয়োমদা য়াওরিবা লা-লাতোন অহুম্না য়োম্বগী মওংনা তাকপদি গুরুগা কোম্লনা হৌগ্রবা, ওইরিবা অমসুং ওইরকবা মতম অহুম্না য়োমহৎনা মতমগী মথা পোম্না লৈবা তাকপনি।

## 'ঈহাইকু'

ঈকৌবদা লৈয়োম হাপনবা লা মচেৎনা লৈনা হাপ্না হিরি লংনা পুনবা চফুবু 'ঈহাইকু' হায়না কৌই।

**খুদম:—**

ঈহাইকু অনি ওইগনি। মসিনা তাকপদি তাইবঙ মপুনা লৈবাক নিংথৌ অনিবু শেম্না উৎলি।

অতোম্না অমনা ঈহাইকুবু মাজেমনি হায়নসু লৌনৈ। থেক-খরিবা লৈনা অহুবুনা ময়ানে, লা কৌনশিন্দুনা মন্নাইদা য়ুংলিবা অহুবুনা ওরুনে। পজেংনা খোয়বুংচৈনে। অসুরুমসু লৌনৈ।

"লৈয়োম্"

লা না য়োম্বা লাংথৈৎ মপোপ মপাল, লাংথৈৎ মপোপ তরেৎ য়োম্ববু 'লৈয়োম' হায়না কৌই।

**থুদমঃ—**

লৈয়োম অনি অসিনা তাকপদি লাইবঙথৌ মাপললগা লাই ন্নরা তরেৎকনা তাইবঙপান তসিবু মকোক ওইনা শেমখিংগী মওং তাকপনি। লৈয়োম অমনা লাঈয়িংথৌগীনি, অতে ঞ্ভা অমনা লাইরেম্বীগীনি। লাইয়িংথৌগী লৈয়োমদা গুরুগী লাংথৈৎ মপোপ মঙা, লাইবঙথৌগী মপোপ মাপল পুন্না তরামরি উপ্না থাবা লারোল অহুমদা য়োমই। লাইরেম্মগী লৈয়োমদা লোংনা থাবা লারোল অহুমদা লাংথৈৎ মপোপ মঙানা গুরু লৈমরেল অমত্তনি খঙহল্লি। অম্নুগ্না লাংথৈৎ মপোপ মপালদগী লাইবঙথৌ মাপল পুথোকখিবা অমদি লাইরেম্মগী লৈপোপ তরেৎনা লৈমরেলদগী লাই ন্নুরা তরেৎ পুথোকখিবা খঙহল্লি।

"হীরি-লং"

ঈহাইফুগা লৈয়োমগা শন্নবা লংজা মাপলনা ফাইবা লংঙা তরেৎনা ফাইবা লম অনি শাংবা লং অনিবু 'হীরি-লং' হায়না কৌই।

**থুদমঃ—**

লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী পুল্লিবা লংবু হীরি-লং হায়না খঙনগনি। অতোপ্পা অমনা হীরি-লংবু 'খোঁয়রেলশি' খঙনৈ।

"ঈশাইফু"

ঈকৌবদা হরাউবা লৌইন্দ্রিফাওবা খিন্নবা ঈশিং শোকনবা

চক্ষু অত্থবু 'ঈশাইফু' হায়না কৌই।

খুদম:—

ঈকৌবদা য়াওরিবা ঈশাইফুনা তাকপদি ঈশিং য়াঙ্গা ওইবী লৈমরেল শিদবীদগী খোকখিবা, লেঙদবী লৈমরেলনি হায়বা উৎপনি।

অমাইবনা খয়োম লাকপা লোইরবা মতুংদা মাইবীনা লাইয়িংথৌ লারেইম্মা অনিগী শেম শাত্থনা· থমলিবা ঈহাইফু অনিবু পায়রগা মাইকৈ ঙাকপা মরিগী লাই থাংজিং ( থাংহি ঙাঙোই ), মারজিং ( চেংঙা চুকফারোন্ ), রাংব্রেন ( য়ুচেং চুকফারোন্ ) অমসুং কৌব্রু ( য়ুহাচুকফারোন্ ) গী জগোয় শাগনি। অত্থগী তুংদা লৈথক লৈখা অনি তুনা চক্ষু জগোয় শারগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী থৌগল তৌরিবা মী অনি অত্থদা হাপ্পগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী হীরি লং অত্থ চিংথোক্লগা খয়োম লাক্লিবা মফম অত্থমক্তদগী লাইগী থবায় থেমগৎকনি। হীরি লং অনি অত্থ ঈহাইফু অনি অত্থদা হাপচিনবগা লোয়ননা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী খোঙ শেংগনি। অত্থগা ঈশায়ফু ঈশিং শোক্লবগী তুংদা ইকা জগোয় শাগনি, ঈকারক্লবদগীনা লাই ফম্বাল তোংত্রিফাওবগী মতুংদা জগোয় ৩ লক শাগনি। লাইবুঙ য়োরগা মৈ ওক্লবগী তুংদা অমাইবনা লাইয়িংথৌগী হীরি লং পাইগনি অত্থগা মাইবীনা লাইরেম্মগী হীরি লং পায়বগা অমাইবনা হিজিং হিরাও লাওগনি। অমাইবনা ও! ও! ওলে ও! হায়না লাওকরগদা মরাম্মা হী হায়না খুমগনি, অমুম্মা লাইগী থবাই হাপত্রিফাওবা লাওগনি। লাইগী থবায় হাপ্লবগী তুংদা লাই পুখৎলক্লিবা মী অনিগী হিগাওফি অত্থ কিশি থোক্লগা ঈহাইপু অনি অত্থ

য়োমশিনগনি। অমাইবনা লাইয়ি থৌগী থমগনি, অদুগা মাইবীনা লাইরেম্মগী থমগনি। মথংদা লৈমরেল ঈশাইফু পুন অদু লাইগী ওইথংবা মাঙশোক্তা থমগনি, তুংদা পুরক্লিবা থাং, হুমাই, খুদৈশেন কাওশেন লাইপোং শেনপোংনচিংবশিংদু লাইগী ফম্বাল মথক্তা থম্লবগী তুদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী চনিংফম থারগা কাংখেং মরিগী হৈথা তমগনি। লুক-লেন থাবগা লোয়নননা পাস্নাম অনিগী থাগনি। লাইবঙথৌ মাপলগী-না লাইয়িংথৌগী য়েৎ-থংবা নাকলদা থাগনি অদুগা লাইনুরা তরেৎকীনা লাইরেম্বীগী ওই থংবা নাকলদা থাগনি। ইনোই লোববদা লৈমরেলগী থাগনি, অসিগী তুংদা অমাইবনা অনম অথৌ কোকপা হায়বদি চহি ১গী মনুংদা লৈরম্লিবা অনম অথৌ কোক্লনবা ইরু লাইশোল, য়ুমদাই লাইশোল অসি শোল্লগা তাইরেন মনা অদুনা ঈশিং লুপ্লগা মকম খুদিং অমসুং মীপুম খুদিংমকপু শেংদোক্কনি ১সুং চাইথোক্কনি। পেনা শকপনা লকুৎতা ফমদুনা লাইগী থৌগল তৌরগা মাইবীনা লৈহল তমগনি অমসুং লাইবাও চেনগনি। পুম্নমক অসি লোইরবগী তুংদা মাইবীনা লাইগী লাইমাংদা থৌগল জগায় শারগা নোংমদুগী থৌরম অদু লোইশিল্লি।

## নৈনবা বাহং

১। লাই হরাউবা কনানা হৌদোকখিবগে ?
২। ঈকোবা কদায়বু কোবগে ?
৩। খয়োম কদায়বু কোবগে ? খুদমগা লোয়নননা ইয়ু।
৪। ঈহাইফু কদায়বু কৌবগে ? খুদমগা লোয়নননা তাকউ।
৫। লৈয়োম কদাইবু কোবগে ? খুদমগা লোয়নননা ঙগাইনা ইয়ু।
৬। হীরি-লং কদায়বু কৌবগে ? খুদমগা লোয়নননা ইয়ু।
৭। ঈশাইফু কদাইবু কোবগে ? খুদম পিদুনা ইয়ু।

পারা ৩

জগোয় রাস হায়বা অসি অম্বা মতমদা চঙদবা য়াদ্রবা অমসুং খঙদবা য়াদ্রবা মথৌ অমা ওইবনা অ-গুবা শরুক্কীদমক ওইনা রসকী শরুক খরা লৌখৎচরি। মদুদি:—

"ভাব"

রাহৈনা হকচাংনা অমদি মায়-মিৎনচিংবনা মত তৌদুনা মহাউ তংবা য়ানবা (যেংবদা নুংঙাইহন্নবা) পুথোক্লকবগী রাখল অদুবু 'ভাব' হায়না কৌই।

"বিভাব"

অপাম মুংশি রাখলনচিংবা লেঙদবা রাখল্‌শিং অসিগী হৌরক-ফম অমসুং মরন্নচিংবা ওইরিবা মশক অদুবু 'বিভাব' হায়না কৌই। বিভাব মখল অনি থোক্লা খাইদোকই মদুদি:— আলম্বন বিভাব অমসুং উদ্দিপন বিভাব অসিনি।

"আলম্বন বিভাব"

অথোইবা নুপা নুপীগী মতেং য়াওদ্রবদি য়াদবনা রাখলগী পান্থৈ ওইরিবা নুপা-নুপী অদুবু 'আলম্বন বিভাব' হায়না কৌই।

'উদ্দিপন বিভাব"

করিগুম্বা রস অমবু ফোংদোবহল্লিবা রাখল অদুবু 'উদ্দিপন বিভাব' হায়না কৌই।

"অনুভাব"

অথোইবা নিপা-নুপীনা কেবা মৌবনচিংবা হায়রিবা·মরমশিং অসিনা শাংকায়হল্লকপা অপাম মুংশি রাখল অমদি লেঙদবা রাখলনা মরম ওইদুনা মপান্দা ফোংদোক্লক্লিবা থবক অদুগী থৌওং অদুবু 'অনুভাব' হায়না কৌই।

## 'সাত্বিক্ ভাব্'

পুক্নিংনা তঙ্ তানা-খন্দুনা লেঙদবা রাখল অদুবু মপান্দা ফোংদোক্লবদি মদুবু 'সাত্বিক ভাব' হায়না কৌই।

## 'ব্যাভিচারী নত্রগা সঞ্চারী'

লেঙদবা মরু ওইবা রাখলদা যাওরকপা লেঙবা হোৎংব নাইবা রাখল অদুবু 'ব্যাভিচারী নত্রগা সঞ্চারী ভাব' হায়না কৌই।

## 'স্থায়ী ভাব্'

লেঙদনা লৈবা, অরেপ্পা রাখল অদুবু 'স্থায়ী-ভাব' হায়না কৌই। স্থায়ী ভাব মখল মাপল থাইদোকই মদুদি— রতি, হাস, শোক, ক্রোধ, উৎসাহ, ভয় জুগুপসা, বিস্ময় অমসুং শম অসিনি।

১। রতি= (অপাম নুংশি রাখল)

২। হাস= (নোকপা)

৩। শোক= (অরাবা)

৪। ক্রোধ= (অশাউবা)

৫। উৎসাহ= (হৈনিংবা)

৬। ভয়= (অকিবা)

৭। জুগুপসা =(তুকচবা)

৮। বিস্ময়= (অঙকপা)

৯। শম= (অইৎবা, কিভম হোৎংবা)

## নৈনবা বাহং

১। মথাগী অসিদগী ৫ দং খল্লু।

ক) ভাব (খ) বিভাব (গ আলম্বন বিভাব (ঘ) উদ্দিপন বিভাব (ঙ) অনুভাব অমসুং (চ) ব্যভিচারি নত্রগা সঞ্চারি ভাব।

১। ভাব কদাইবু কৌবগে ?

৩। বিভাব কদাইবু কৌবগে ?

৪। অনুভাব কদাইবু কৌবগে।

৫। স্থায়ী ভাব কদাইবু কৌবগে ? মখল কয়া ওই। মখলশিং অদু ইয়ু

## 'রস'

অয়েংবা মীগী পুক্নিংদা অপাম নুংশি রাখল অমদি লেঙদবা রাখলবু নুংগী রাখলনচিংবনা নোয়হললক্তুনা নুংঙাইবা ফাওহনবগী মতৌ অদুবু 'রস' হায়না কৌই। রস অসি . মখল মাপল থোক্না খাইদোকই মদুদি— শৃঙ্গার, হাস্য, করুন, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীবৎস, অদ্ভুত, অমসুং শান্ত অসিনি। লোয়নন‍া বাৎসল্য রসপুসু লৌথৎতুনা তরা অমুক ওইহল্লি।

## 'শৃঙ্গর রস'

অথোইবা নিপা-নিপী অনিনা অপাম নুংশি রাখল থুংননবগী-দমক কেবা মৌবা, পুক্নিং ইরাং হৌরক্তুনা কমুং কানুংনচিংববু লৈ-শুনচিংবনা কেবা মৌবা তৌবা মতৌ অদুবু 'শৃঙ্গার রস' হায়না কৌই।

## 'হাস্য রস'

হকচাংগী ফিভমনা মায় মিৎনচিংবনা অমদি রাহে রাতানা ফাগী

তৌহুনা অয়েংবা মীগী থম্মোয়দা ফাওরকপা নোকনি বগী ৱাখল অদুবু 'হাস্যরস হায়না কৌই।

## 'করুন রস'

অরা-অনা নংবা (মচা মশু শিপা) লনথুম মাঙবা লুনা তৌজবা পোং মাঙবনচিংবদগী ফংলকপা অৱাবগী মতৌ অদু উরগা অতোপ্পা মীগী পুক্লিংদা ফাওরকপা অৱাবগী মতৌ অদুবু 'করুন রস' হায়না কৌই।

## 'রৌদ্র রস'

য়েক্লবগী থবক্তগী শাওহুনা তৌরকপা মতৌ অদু উকরগা অতোপ্পা মীগী পুক্লিংদা ফাওরকপা অশাউবগী মতৌ অদুবু 'রৌদ্র রস' হায়না কৌই।

## 'ভয়ানক রস'

হকচাংনা অমদি ৱাহৈ ৱাতানা কিবা খঙহনবা মওং উৎলকপা মতৌ অদু উবা মীগী পুক্লিংদা ফাওরকপা অকিবগী মতৌ অদুবু 'ভয়ানক রস' হায়না কৌই।

## 'বীবৎস রস'

তুক্কচনবগী মরম উক তারুরগা অয়েংবা মীগী পুক্লিংদা ফাওরগা তুক্কচবা হঙ্গোইবগী মতৌ অদুবু 'বীবৎস রস' হায়না কৌই।

## 'অদ্ভুত রস'

ওইথোক্তবা পোং উবা অমসুং তাবুদগী অয়েংবা মীগী পুক্লিংদা ফাওরকপা অঙকপা অদুবু 'অদ্ভুত রস' হায়না কৌই।

## 'শান্ত রস'

অচিকপা, অইংবা-অশেংবা অমদি অয়েম্বনা তিনবা মতৌ উবদা অয়েংবা মীগী পুক্নিংদা ফাওরকপা অইংবগী মতৌ অদুবু 'শান্ত রস' হায়না কৌই।

## 'বাৎসল্য রস'

মচা-মশুনচিংবগী নুংশিবা মতৌ উবদগী, তাবদগী নত্রগা মচা মশুবু লুনা চান্না তৌবা মতৌ উবদগী পুক্নিংদা ফাওরকপা নুংঙাইবগী মতৌ অদুবু 'বাৎসল্য রস' হায়না কৌই।

## 'রাস'

নুংঙাইবা রস পুন্নমক্না তিনববু 'রাস' হায়না কৌই।

## 'জগোয় রাস'

নুংঙাইবা পুন্নমক্না তিনবা, শৃঙ্গার রসনা মপুং ওইবা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিবু ম্নায়দা থম্লগা গোপীশিংনা কোয়শিন্দুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী নুংশিরবা ফজরবা নুংগী রাথলবু লাকশিন্নরগা তাল মৈন খোম্বাং খুথেক হাপতুনা শাবগী মতৌ অদুবু 'জগোয় রাস' হায়না কৌই।

## 'মনিপুরগী জগোয় রাস'

মৈদিংঙু চৌংথঙাম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজগী খোমলেন মঙ-লান্দা শ্রীগোবিন্দবু উজবা ফংহৌবা, অদুগা শ্রীমুৎমক্তী থম্মোইদা ইবুংঙো-ইবেম্মা (রাধা গোবিন্দ) অনিগী লেঙত্রবা রাথলবু ঙাম্মোইদুনা লৈথিবদগী শকাব্দ ১৭০১ (১৭৭৯ইং) গী হিয়াঙ্গৈ থাগী (কার্ত্তিক)

তরামাথোইনি পানবা (একাদশী) ইরাই সুনিত্তা শ্রীগোবিন্দ অভিশেক তৌরগা লাংথবান (কাঞ্চিপুর কোন্নুংগী রাস মণ্ডলদা সুমিৎ মণ্ডানি কৎখিবা রাস অসিবু 'মনিপুরগী জগোয় রাস' হায়না খঙনরি।

মনিপুরগী জগোয় রাস মথল মঙা শুই মহুদি— মহারাস, বসন্তরাস, কুঞ্জরাস, নিত্যরাস অমসুং দিবা রাস অসিনি।

## 'মহারাস'

শ্রীমদ্ভাগবত-তা শরদকী পুর্নিমাদা মহারাস শান্নে।

মনিপুরদা মহারাস মেরা রাকুকপা (কার্ত্তিক পুর্নিমা) দা শান্নে।

## 'কুঞ্জরাস'

মনিপুরদা কুঞ্জরাস মেরা রাখিনবা (অষিন পুর্নিমা) দা শান্নে।

## 'বসন্ত রাস'

মনিপুরদা বসন্ত রাস শজিবুগী (চৈত্র পুর্নিমা) দা শান্নে। খুল্লক্তা রাস অসি কালেন পুর্নিমা ফাওবা শান্নে। করিগুম্বদা ইঙেন থা ফাওবা চোম্হনৈ।

## "নিত্য রাস"

মনিপুরদা নিত্যরাস শরদকী থা অমা, বসন্তগী থা অমা অসি নত্তনা অতৈ থা খুদিংমক্তা শান্নে।

## 'দিবা রাস'

মনিপুরদা দিবা রাস বসন্তগী মতমদা সুংথিলদা শান্নে।

## কবুই জগোয়গী হৌরক্ফম্

থাইনা মমাংঙৈদা মীওইবা হায়বা ঐখোয় অসি য়ুম শাদুনা পাল্লমদে। শা-ঙাগুম্না লৈকুংতা লৈরাইদা পংলে লৈতুনা পাল্লম্মী। মফী মরোল ফাওবা শেংনরমদে, মানা মানা ঙম্বা জীব হাৎ-হাৎতুনা চান্নরম্মী। মীওইবনা অসুম্না প'ল্লকপসিদা লাইশিংদি অরাংবা চীংদোন্দা মীনা তাদবা মফমদা পাল্লি হায়নৈ। মীওইবনা লৈরিবা লোক্কী রাংমদা চীংদোন অরাংবদা মৈথু খুবা, য়ুমদোনা মানবা খুন তাবগুম উরম্মী। মতুবু ঐখোয়না লাইরৈবাক্কি হায়না থাজনরম্মী। নোংমা মীওইবা অনিথক লম কোইশি হায়তুনা লাইরৈপাক তম্না লাক্লম্মী। মখোয় অনিনা য়'ম্না রানা হোৎনতুনা মফম অতু য়ৌরক্লে। লাইরৈপাক্কী য়ুমলৈ কৈরৈ অতু উবদা মখোয় পুমঙক ঙকলম্মী। যেশা উপায় তৌতুনা কনাগুম্বা অমগী য়ুমদা লেকথ্রসি হায়তুনা মবানি অউবা য়ুম অমদা হেক্তা চঙলে। য়ুম্বু অতুনা হায়রক্লে, হে তাইবঙমী নখোয়দি মফম অসিদা চংবা য়াদে, য়ুমথুংফম পীদে, চৎলো হায়না তাল্লে, মীওইবা অনি অতুনা ঐখোয় ঙসিদি থেঙলে নোংহেক ঙানবগা চৎখিগে ঙসিদদি লেক্লগে, ঐখোয়গী চানবা খরদং পীগীয়ু নখোয়না লৈয়ু হায়বা মফমদা লৈগে হায়না হায়জরে। ফরে অতুদি নখোয় শুমাং মতোন্দা লৈয়ু মসিদগী হেনজিনবা য়াদে হায়রগা শুমাংদা হৌরিবা হঙ্গাম পাম্বী অনি অহুম ফুক্লগা পিবিরম্লে। মীওইবা অনি অতুনা হঙ্গাম অতু শাংনা থোংলে। হঙ্গাম অতু শাংবা মরম্না রাংনা থাংগৎলগা চাত্রবদি রাদবনা মমায় রাংনা রাংনা, থাংগৎতুনা চাবা মতম অতুদা লাই-রৈপাক্কী শারিবা য়ুমশা কৈশা অতু উবদ। মবানি য়াম্না হরাওরে।

মথংগী নোংডানফাম্রিৎঙৈদা মবানি মীরমলেন্দা কুম্ন.রু। মতৌ অম্মুন্না মখোয় অনিনা উ'খবা লাইরমলেনগী মওং মতৌ পুরক্কুনা হৌজিক হৌজিকমক লৈরিবা অমম্মুং চৎনরিবা 'তরাং কাইশুমৈ' অসিগী মওং অসি লাইরৈপাক্কী লাইশিংনা শাথিবা য়ুমশা-কৈশা য়েকপা খোৎপা ময়েক লালহন্দনা শাবা য়ুম অসিবুনি হায়না খঙনরি। হায়রিবা য়ুম অসি শঙ্গাবদা নুমিৎ মঙানি চংনা উৎসব কৎলি। মতুদা জীব পুন্নমকপু বাত্ত'ন তৌতুনা ঙমজবা মখৈ দান ত্তৌরগা পীঙ-পীথকনচিংবা মখল মথেলগী মহৈ মরোং য়েঙ্খোক্কুনা মীওইবগী য়ুম পানবগী লম্বী হৌদোকখি। অরোইবা মঙানি শুবা নুমিত্তা জগোয় ইশৈনচিংবা শা-শক্কুনা জগোয় তৌই'। অম্মুন্না কবুই জগোয় হান্নবা অসি হায়রিবা উৎসব অসিদগী হৌদোকখিবনি হায়না থাজনরি।

## গা—লাম ইশৈ

হৈগা শেম পুই অমা লৈপুই
চগা তুথোন মরৈ লুথোন পুংঙে চগা গা
অমা লৈপুই চগা গা
অমা লৈপুই নংতা থোন পুংঙে
নহেং কজুমলো,
মালৈ লুথোন পুংঙৈ চাগা গা
অমা লৈপুই চগা গা।

## বাল্লুমৈ, তকেম্ তরেম্-লাম্ ইশৈ

গোইচৈ বাংলাম শুজাও জো
নংকি থালোন নংচৌপন,
অন্তা বেন গোইলিংকিন
কুমৈ নৈ শুলেমলো ॥

## তজুইবোন্—লাম্ ইশৈ

লিলু তশো লেমলো
তজুই বোন্না কণ্ডাও নবমস্ত্রে
তজুই বোন বোন্না
কণ্ডাও নবম জেয়ে,
হৈশো লেমলো হায়মুন শাইরুনৈ ॥



( আড়প্ মাত্রা ৮ )

( লয় ময়াই ওইবা )

( নং ১৮ )

মপুং

\+ 　　　　　　　　o
ধিন্ তেন্ — তা | তঃ ধেন্ ঘিন্ন ধেন্ ॥

( নং ১৯ )

বোল

\+ 　　　　　　　　o
ত্রং — তা তঃ | তেন্ তেন্ তা তঃ |

খিং খিত্তা তেন্তা খিত্তা | তখিং তাং খিং ঘিন্নগ্র |

ধেং ধেং — ঘিন্ | তঃ ধেন্ ধিন্ গ্রগ্র |

তঃ তেন্ — তা | তঃ — ধেন্ — |

ধেং ধেং — ধেন্ | ধন্ত তত খিত্তা তেন্তা |

তঃ তাং খিত্তা তেন্তা | তঃ — ধেন্ — |

— ধেং ঘিন্ তঃ | ধেং ঘিন্ তঃ — |

— ধেং ঘিন্ তঃ | ধেং ঘিন্ তঃ — ॥

তাং তেন্ন তেন্ন তেন্ন | তঃ — তাং — |
— তাঃ — ঘিন্ | — তাং ঘিন্ গ্রগ্র |
তঃ তাং — ঘিন্ | ঘিন্ ঘিন্ খিন্ — |

( নং ২০ )

বোল

+ ০

তাং তাং তাং তঃ | তাং তাং তঃ — |
তত তত খিত্ত তখিং | তাং — খিং — |
খিং :খিং — খিং | — ঘিন্নগ্র ধিন্ ধেন্ |
ঘিন :ত — তাং | — — তাঃ — |
— তেন্ন তঘিন্ তাং | — তেন্ন তঘিন্ তাং |
— তেন্ন তঘিন্ তাং | — — তঃ ঘিন্নগ্র |
ঘিন্তা তেন্তা খিত্তা তেন্তা | খিত্ত তঘিন্ তত খিত্তা |
তাং তাং তাং তাং | তাং ত্রগ্র তঃ থেন্ |
— ঘিন্ — ধেন্ | ঘিন্ :তঃ ঘিন্ তাং |
— ঘিন্ — ধেন্ | ঘিন্ ঘিন্ :তঃ তাং |

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন্তঃ | ঘিন্ | ঘিন্ | তঘিন্ | ধেন্ । | ঘিন্ | :তঃ | ঘিন্ | তাং । |
| — | – | — | — | । | — | —· | থেন্ | — । |
| ঘিন্ত | ঘিন্ | ঘিন্ | তঘিন্ | ধেন্ । | ঘিন্ | :ত; | ঘিন্ | তাং । |

## লোংলৈ

| + | | | | | o | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন্ | ধেন | খিৎ | তা | । | তঃ | – | থেন্ | ঘিন্নগ্র | । |
| ঘিন্তা | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা | । | খিত্তা | তঘিন্ | তত | খিত্তা | । |
| খিত্র | গ্রঘিন্ | তঘিন্ | থেৎ | । | ধেঃ | — | – | – | । |

### তাণ্ডপ মাত্র ৮

### ( নং ২১ ) তাল ১ ভাফ ১ )

## বোল

| + | | | | | o | | ত্র | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন্ | – | — | তঃ | । | ঘিন্ | ঘিন্ | তঃ | — | । |
| ধেন্ | তত্র | ঘিন্ | তঃ | । | ঘিন্ন | তাং | – | – | । |
| তৎ | তৎ | তঃ | খিৎ | । | তৎ | ধেন্ | তঃ | — | । |
| ধৎ | - | ধেন্ | তঃ | ঘিন্ন | । | তৎ | তেন্ | তঃ | – । |
| — | তেন্ | — | তঃ | । | তত | তত | তেন্ | তঃ | ॥ |

তং তং তঃ খিং | তং ধেন্ তঃ — |

ধং ধেন্ তঃ ঘিন্ন | তং তেন্ তঃ — |

— তেন্ — তঃ | তত তত তেন্ তঃ |

তঘিন্নাং — ঘিন্ — | খিং তত খিত্তা তেত্তা |

খিত্ত তঘিন, তত খিত্তা | খিত্ত তখিং তাং — |

খিত্ত তখিং তাং — | খিত্ত তখিং তত খিত্তা |

খিত্ত তখিং তাং ঘিন | — তা থেন্ — |

ঘিন্ ঘিন্ থেং তঃ | ঘিন তাং খিত্তা তঘিন্ |

ধেন্ খিত্তা তখিন্ ধেন্ | — ধেন খিত্তা তঘিন |

ঘিন ঘিন থেং তঃ | ঘিন তাং খিত্তা তঘিন ||

## লোংলৈ

\+ 0

ধিন ধেন খিং তা | তঃ — থেন ঘিন্নগ্র |

ধেনা তেত্তা খিত্তা তেত্তা | খিত্ত তঘিন তত খিত্তা |

খিত্র গ্রঘিন্ তাখিন থেং | ধেঃ — — — ||

( মেনকুপ মাত্রা ৬ )
( লঁয় অতম্বা ) তাল ১ হায়দোকপা ১

( নং ২২ )

পুংলোন মপুং

| + | | | o | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ | — | তেন্ \| | তঃ | ধিন্ | ধেন্ \|\| |

অথাইবা

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ | ঘিন্নগ্র | ধেন্ \| | ধিন্ | ঘিন্নগ্র | ধেন্ \| |
| ধিন্ | ঘিন্নগ্র | ধেন্ \| | ঘিন্ | ধৎ | ধেন্ \|\| |

( নং ২৩ )

অথোনবা মপুং

| + | | | o | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ | :ত | ধেন্ \| | ধিন্ | ধিন্ | তেন্ \| |
| তঃ | :ত | তেন্ \| | তঃ | খিত্ত | তগ্র \|\| |

অথাইবা

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ | ঘিন্নগ্র | ধেন্ \| | ধিন্ | ঘিন্নগ্র | ধেন্ \| |
| ধিন্ | ঘিন্নগ্র | ধেন্ \| | ধিন্ | ধৎ | ধেন্ \|\| |

থরা থুজিন্না মৈগনি

| + | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ | — | ধেন্ | \| খিৎ | তা | — | \| |
| তঃ | — | — | \| ধেন্ | — | — | \| |

লোংলৈ

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্ | — | ধন্ | \| | তা | খিং | তা | \| |
| ধন্ | — | ধন্ | \| | তা | খিং | তা | \| |
| তাং | ভত | খিত্তা | \| | তঃ | ঘিন্না | ঘিন্না | \| |
| ধে | — | — | \| | — | — | — | \| |

( মেনকুপ মাত্রা ৬ )
( নং ২৪ ) তাল ১ ফাক ১

বোল

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | o | | | |
| তং | — | ত্রেং | \| | — | খিং | — | \| |
| তঃ | — | খিং | \| | — | থর | থর | \| |
| তেন্ | — | তেন্ | \| | — | তা | — | \| |
| তঃ | — | — | \| | — | — | — | \| |
| তং | — | ত্রেং | \| | — | খিং | — | \| |
| তঃ | — | খিং | \| | — | থর | থর | \| |
| তেন্ | — | তেন্ | \| | — | তা | — | \| |
| তঃ | — | — | \| | — | থর | থর | \| |
| তঃ | খিং | তা | \| | খিং | থেন্ | — | \| |
| তঃ | খিং | তা | \| | ঘিন্ | ধেন্ | — | \| |
| ঘিন্ | — | ঘিন্ | \| | — | ধেন্ | — | \| |
| — | ত্র | গ্র | \| | ঘিন্নাং | — | — | \| |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তঃ | খিং | তা | । | খিং | থেন্ | — | + |
| তঃ | খিং | তা | । | ঘিন্ | ধেন্ | — | । |
| ঘিন্ | — | ঘিন্ | । | — | ধেন্ | — | । |
| — | ত্র | গ্র | । | — | ঘিন্নাং | — | । |
| তাং | — | তা | । | তা | খিং | তা | । |
| তা | ঘিন্ | ঘিন্ | । | তা | খিং | তা | । |
| ঘিন্ | তা | তেন্ | । | তা | খিং | তা | । |
| তা | ঘিন্ | ঘিন | । | তা | খিং | তা | । |
| তাং | — | তা | । | তা | খিং | তা | । |
| তা | ঘিন্ | ঘিন | । | তা | ঘিন্ | তা | । |
| ধেঃ | — | — | । | — | থর | থর | । |
| তাং | — | তা | । | তা | খিং | তা | । |
| তা | ঘিন্ | ঘিন্ | । | তা | খিং | তা | । |
| ঘিন্ | তা | তেন্ | । | তা | খিং | তা | । |
| তা | ঘিন্ | ঘিন্ | । | তা | খিং | তা | । |
| তাং | — | তা | । | তা | খিং | তা | । |
| তা | ঘিন্ | ঘিন্ | । | তা | ঘিন্ | তা | । |
| ধে | — | — | । | + | — | — | । |

(নং ২৫)

বোল

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | o | | | |
| তং | — | ধিন্ | । | — | ত্র | গ্র | । |
| তেন | — | তঃ | । | খিং | তা | — | । |

| + | | | | 0 | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিত্র | গ্র | ঘিন্ | । | — | তত | তত | । |
| তেন্ | — | — | । | ত: | — | — | । |
| তং | — | ঘিন্ | । | — | ত্র | গ্র | । |
| তেন্ | — | ত: | । | খিং | তা | — | । |
| খিত্র | গ্রঘিন্ | — | । | — | তত | তত | । |
| তেন্ | — | — | । | ত: | — | — | । |
| থেন্ | — | তাং | । | — | ত্র | গ্র | । |
| তেন্ | — | তাং | । | — | ধন্ | তা | । |
| ধন্ | — | তা | । | তা | খিং | তা | । |
| ত: | ঘিন্ | ধন্ | । | ত: | ঘিন্ন | গ্ | । |
| ধে: | — | — | । | ঘিন্ | — | — | । |
| — | — | থেন্ | । | — | থেন্ | তা | । |
| ত: | — | থেন্ | । | — | থেন্ | তা | । |
| ত: | — | — | । | — | থন্ন | থন্ন | । |
| তাং | :তাং | তাং | । | — | তা | থেন্ | । |
| তা | ঘিন্ন | গ্ | । | ধে | — | — | । |
| ঘিন্ | :ঘিন্ | থেন্ | । | — | ঘিন্ | — | । |
| — | — | — | । | — | ঘিন্ন | গ্ | । |
| থেন্ | :তেন্ | তাং | । | — | তা | ধে: | । |
| তা | ঘিন্ন | গ্ | । | ধে: | — | — | । |
| থেন্ | — | তা | । | — | থেন্ | তা | । |
| তাং | — | — | । | তাং | — | — | । |

### অথাইবা

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | |
| ধিন্ | — | ধেন্ | । | খিং | তা | — | । |
| তঃ | — | — | । | থেন্ | — | — | । |
| ধন্ | — | ধন্ | । | তা | খিং | তা | । |
| ধন্ | — | ধন্ | । | তা | খিং | তা | । |
| তাং | তত | খিত্তা | । | তঃ | ঘিন্ন | ঘিন্ন | । |

## ( নং ২৬ ) লয় ময়াই ওইবা

### বোল

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | খৱ | খৱ | |
| তঃ | — | ধেন্ | । | — | তা | — | । |
| তঃ | — | – | । | — | খৱ | খৱ | । |
| তঃ | — | ধেন্ | । | – | তা | — | । |
| তঃ | — | — | । | — | খৱ | খৱ | । |
| তঃ | — | ধেন্ | । | — | তা | — | । |
| তঃ | — | ধেন্ | । | — | তা | — | । |
| তঃ | — | ধেন্ | । | — | তা | — | । |
| তঃ | — | — | । | তাং | তাং | — | । |
| — | — | খিত্ত | । | তগ্র | ধে | — | । |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাং | — | ধিন্ | । | — | ধেন্ . | — | । |
| ধিন্ | — | ত্রেং | । | — | ধিন্ | তা | । |
| তঃ | — | — | । | তাং | — | — | । |
| — | — | খিত্ত | । | তগ্র | ধেন্ | — | । |
| তাং | — | ধিন্ | । | — | ধেন্ | — | । |
| ধিন্ | — | ত্রেং | । | — | ধিন্ | | । |
| তঃ | — | — | । | — | — | — | ॥ |

**অথাইবা**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্ | — | ধন্ | । | তা | খিৎ | তা | । |
| ধন্ | — | ধন্ | । | তা | খিৎ | তা | । |
| + | | | | o | | | |
| তাং | তত | খিত্ত | । | তঃ | গীদ্রা | গীদ্রা | । |
| ধেন্ | — | — | । | — | — | — | ॥ |

( নং ২৭ )

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | পীর | গর | । |
| ধে | — | — | । | ধে | — | — | । |
| — | — | ধে | । | ধে | ধে | — | । |
| — | — | তা | । | — | তেন্ | তা | । |
| তেন্ | ত্র | ধ্র | । | তেন্ | তা | — | । |
| তঃ | — | — | । | তাং | — | — | । |
| — | — | — | । | — | পীর | গর | । |
| ধে | — | — | । | ধে | — | — | । |
| — | — | ধে | । | ধে | ধে | — | । |
| — | — | তা | । | — | তেন্ | তা | । |
| তেন্ | ত্র | ধ্র | । | তেন্ | তা | — | । |
| তঃ | — | — | । | তাং | — | — | । |
| — | — | — | । | — | — | — | । |
| তেন্ | ত্র | ধ্র | । | তেন্ | তা | — | । |

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তেন্ | ত্র | গ্র | । | তেন্ | তা | — | । |
| তেন্ | ত্র | গ্র | । | তেন্ | তা | — | । |
| তঃ | — | — | । | থেন্ | — | — | । |
| ধেন্ | তা | থেন্ | । | তা | থেন্ | তা | । |
| তা | তা | থেন্ | । | তা | থেন্ | তা | । |
| তৎ | তৎ | তৎ | । | — | ধেন্ | তা | । |
| থিন্ | ত্র | গ্র | । | ধিন্ | তাং | — | । |
| তৎ | তৎ | তৎ | । | — | ধেন্ | তা | । |
| ধিন্ | ত্র | গ্র | । | ধিন্ | ধেন্ | ধেন্ | । |
| — | — | — | । | — | গীন্ন | গর | । |
| গীন্ | নৎ | — | । | গীন্ | নৎ | — | । |
| ধেন্ | ত্র | গর | । | ধিন্ | ধেন্ | তা | । |
| ধিন্ | — | — | । | ধেন্ | — | — | । |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| — | — | — | \| | — | — | — | \| |
| থেন্ | তা | থেন্ | \| | তা | থেন্ | — | \| |
| তা | থেন্ | — | \| | তা | তঃ | — | \| |
| থেন্ | — | তং | \| | — | খিন্ | — | \| |
| থেন্ | — | — | \| | — | — | — | ‖ |

অথাইবা

| + | | | | o | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্ | — | ধন্ | \| | তা | খিং | তা | \| |
| ধন্ | — | ধন্ | \| | তা | খিং | তা | \| |
| তাং | তত | খিত্তা | \| | তঃ | গীম্ | গীম্ | \| |
| থে ‖ | | | | | | | |

# অহুমশুবা শরুক

## শায়া ১

## মনিপুরগী জগোয় রাস হৌখোকখিবগী শয়ল্পা বারি।

ইংশোক ১৭৬৭ তা মৈদিংঙু চীংথঙখোম্বা মহারাজ অসামগী নিংথৌ স্বর্গদেব চুরেনফা রাজেশ্বর সিংহনা মতেং পাংহুনা তেখাওদগী লেঙথোরক্লুনা অমুক নিংথৌ ওইরে। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শাল্লবা তুংদা কাইনাদগী থৈবোং পাম্বী লৌরুহুনা লাই শাবা হৈবা সাপম লোখোনসিং অঙোম গোপীরাম অতে অতেম্ন যাওনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি শাখি। হৈসংনাম থোংঙমনা চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৬৯৮ (খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬) কী হিয়াঙ্গৈ তরামাথোইনি পানবা ইরাই হুমিংকী অমুক মথক মতুং পুং অমা চঙলকপা নিংথৌকাবগী পুঙকম ক্ষন মাহেন্দ্রগী ক্ষনদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌই। কালেনগী হুমনি পানবা (অক্ষয়তৃতিয়া) লৈপাকপোকপা হুমিত্তা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র লামাংদোং (বিষ্ণুপুর) কোম্নুংদগী লংথবান (ক্যাঙ্কিপুর) কোম্নুংদা হোংখি। শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌহুনা জয় সিংহ কর্ত্তানা সেবা ফংলবদা মহারাজনা পুক্লিংদা বৃন্দাবনদা ইবুংঙোনা শ্রীমতী রাধা সুং গোপীশিংগা লোয়ননা শাল্লখিবা রাস লিলা অছুবু অমুক হন্না মকমসিদা কংচনিংহুনা রাখল শবা হৌখি। রাকমসি নিংথেমগী অচার্য্য গুরু পরমানন্দ ঠাকুর, মতোন ইবুংঙো ঙৌরামশাই অমসুং ধমান্দি গুরুনশিংবা পণ্ডিত কয়াগা লোয়ননা কুপ্না শাখি। শ্রীযুংকী অপাম্ববু শুংনরবখিবক মতোন ইবুংঙো ঙৌরাম শাইনা গুরু পরমানন্দ ঠাকুরদা শান্নগী নিয়ম হেৎলগা নিংথেমগী মনিং শুংহল্লু হায়না শিন্নখি। অমুনা

পণ্ডিত অমসুং বৈষ্ণব কয়া অমদি মতম অহুমগী জগোয় হৈবা কুরো খুবোকনচিংবদা তাকপিহনা জগোয় শাস্ত্রকী পুথি শেমহনখি। শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌরগা ইহান হায়না কৌখিবা রাসতা শ্রীমতী রাসেশ্বরীদি নিরূপন তৌরা নুংঙবদগী মচা ইবেম্মা শিজ লাইওইবী (বিম্বাবতি) না রাসেশ্বরী ওইহনা লাংথরাম কোন্নুংদা জগোয় রাস কৎলি। অমসুম্না হুমিং মঙানি চুপ্না জগোয় রাস কৎখি।

## শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডবতা শান্নবা রাসকা শ্রীবিজয়গোবিন্দগী মাণ্ডবতা শান্নবা রাসকা খেন্নবা।

কোন্নুংদা শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডবতা শান্নবা রাসদি মাণ্ডবকী রাস মণ্ডল ময়াইদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী মুর্ত্তিবু 'ভদ্রচক্র' দা লেঙ-শিল্লগা গোপীশিংনা কোয়শিল্লগা জগোয় রাস শায়রে। শ্রীগোবিন্দগী রাসদা কৃষ্ণ শাবা, রাধা শাবী য়াওদে। অতোপ্পা অমনা মহারাস শান্নবা তাবরবদি গোপী অমনা রাধাগী শরুক শিন্দুনা কৃষ্ণ অন্তর্ধান তৌরিঙৈদা কৃষ্ণ থিবগী রারোল খরা ছাড়াদা থীবা শকপা ওইনা তৌই। অতুগা অহানবা বেনুনাদগী তুংদা অভিসার তৌরক্রবী গোপীশিংনা কৃষ্ণগী নাক য়োৌরক্রবদা কৃষ্ণনা 'স্বাগতম ভো' অসিন-চিংবা স্লোক থিরকপা শাহুনা ভদ্রচক্রগী মথাদা হায়দগী চঙহুনা লৈ-হৌরবা মী অহুনা ছাড়াদা থিরকই। কোন্নুংদদি বিরাজমান তৌরবী-রবনা কৃষ্ণ অভিসার রাধা অভিসার, কৃষ্ণ নর্ত্তন রাধা নর্ত্তন য়াওদে।

শ্রীবিজয় গোবিন্দগী মাণ্ডবতা কৎপা রাসদি মপুং মচা মপী মচানা কৃষ্ণ শাবা রাধা শাবা য়াওই। রাসকী হৌনবী কায়দনা নিপা পালানা গৌরাঙ্গ ভাবিনগী কৃষ্ণরূপ ফাওবা শরুকগী তুংদা

রাসকী সুত্রধারনা পুংগী রাগ, ব্রজা, হৌজগী সুত্রনা রাগ হোৎননি। মথংদা গুরু বন্দনা, শ্রীকৃষ্ণনা শকু বা বৃন্দাবন বন প শকনি। মিনাংগোংগী অমসুং গুরুকীরতি রাস শকাথোক্ত অসি ছন্দ পান্দুনা অহুমশুবা শ্লোককী অমোইবকাওবা শকপা তুংদা কৃষ্ণ অভিসার, রাধা অভিসার, কৃষ্ণনর্ত্তন অমসুং রাধা নর্ত্তন শাওনা জগোয় রাস কংলি।

## নৈনবা বাহং

১। মনিপুরগী জগোয় রাস হৌদোকখিবগী শন্নপা ৱারি অছু ইয়ু।

২। জগোয় রাস কনানা হৌদোক্লম্বগে?

৩। শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মাণ্ডবতা শাল্লখিবা রাসকা শ্রী বিজয় গোবিন্দগী মাণ্ডবতা শাল্লবা রাসকা অনিগী থেল্লবা অছু ওগাইনা ইয়ু।

## পান্না ২

## জগোয় রাস পুখোকপিরম্বা ইনিংথৌশিং

শ্রী বুং ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মনা হাক্তক্তা 'মহারাস' 'কুঞ্জরাস' অমসুং 'বসন্ত রাস' হায়রিবা রাস অহুম অসি পুখোকপিরমই।

শায় চন্দ্রকীর্ত্তি মনা হাক্তক্তা নিত্যরাস পুখোকপিরমই।

সার চূড়াচান্দ মনা হাক্তক্তা দিবা রাস পুখোকপিরমই।

## জগোয় রাসশিংদা শাবা ভঙ্গি

১। "কুঞ্জরাস" তা ভঙ্গী পরেং অচৌবতমক শাই।

২। "মহারাস" তা ভঙ্গী পরেং অচৌবা অমস্তুং বৃন্দাবন পরেং শাই।

৩। "বসন্ত রাস" তা ভঙ্গী পরেং অচৌবা অমস্তুং খুরুম্বা পরেং শাই।

জগোয় রাস খুদিংমক্তা ভঙ্গী পরেং অচৌবা অসি শাদবা য়াদে। মরমদি ভঙ্গী পরেং অচৌবা অসিদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইহান হান্না কৎপা রাসকা লোয়নরক্লবা ভঙ্গীনি। খণ্ডদবা য়াদবা অমনা 'ভঙ্গী পরেং অচৌববু' সম্ভোগনি হায়না খণ্ডনগনি "বৃন্দাবন পরেং' বুনা বৃন্দাবন বর্ণন তম্বুগা 'খুরুম্বা পরেং' বুনা যুগল প্রার্থনা অমস্তু। খণ্ডনগনি।

## রাসশিংগী থেন্নবা মওং

'মহারাস' অসি শান্নবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী নাপল অহু উবদগী ইবেম্মা রাধাগা লোয়ননা চৎপগা গোপীশিংবু থাদোকলম্বা য়াওই, রাধাবুসু থাদোক্লম্বা য়াওই। মতমথংদা পুন্নমকপু উহনবীহুনা জগোয় রাস শান্নে। মসিদা কৃষ্ণ অন্তর্ধান অমদি কৃষ্ণ থিবা য়াওই।

'বসন্ত রাস' অসি শান্নবা মতমদা রাধা কৃষ্ণ অনিগী মান য়াওনা রাস শান্নে।

কুঞ্জরাস অসি শান্নবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জদা য়োরবা মতমদা মুরলী য়াদ তৌহুনা শ্রীমতি রাধা অমস্তুং ব্রজগোপীশিংবু কৌরগা কুঞ্জগী ভাব রস অহু পুথোক্তুনা রাস অসি শান্নে।

নিত্যরাস অসি শাম্নবা মতমদা অহান্নরদা শ্রীকৃষ্ণনা অভিসার তৌই। কুঞ্জদা থুংলবা মতমদা বৃন্দা দেবীবু লৈ থিহল্লু রগা সৈষ্যা শেম্নবগী তুংদা বৃন্দানা হায়বগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা বেম্নুনাথ তৌদুনা শ্রীমতি রাধা মসুং ব্রজগোপীশিংবু কৌরগা জগোয় রাস অসি শাম্নে।

## নৈনবা বাহং

১। ইনিংথৌশিংনা করম করম্বা জগোয় রাস পুথোকপিরম্বগে? খাইদোক্লুনা তাকউ।

২। জগোয় রাসশিংগী খেন্নবা মওং অহু শুগাইনা ইয়ু।

---

## পারা—৩

## জগোয় রাসদা চঙবা অভিনয়গী শরুক থরা লৌথৎচরি।

### 'অভিনয়'

মায় মিৎ অমদি হকচাংগী কান্নাৎশিংনা চিনগী থবক্কা অমসুং ফিজেৎ লৈতেংনচিংবনা ওইরকপা মহাউ, রাখলনচিংবা অহুবু 'অভিনয়' হায়না কৌই। অভিনয় মখল মরি শুই। মহুদি—আঙ্গিকাভিনয়, বাচিকাভিনয়, আহার্য্যাভিনয় অমসুং সাত্ত্বিকাভিনয় অসিনি।

## 'আঙ্গিকাভিনয়'

হকচাং মপুম মত্রগা মতেক্কা লেঙ-ওৎপা তৌদুনা পুক্নিংগী রাখল মপান্দা ফোংদোকপা অদুবু 'আঙ্গিকাভিনয়' হায়না কৌই।

## 'বাচিকাভিনয়'

লিলা শান্নফম ময়াইদা রা ভাংনবা ইশৈ শকপা অমদি চপ চপ চাবা মতৌ তম্মদুনা ভাংবা শকপনচিংবা তৌবা অদুবু 'বাচিকা-ভিনয়' হায়না কৌই।

## 'আহার্য্যাভিনয়'

কনাগুম্বা কনাগুম্বীশিংগী শকফমবু লীক কোল, ফিজেৎ লৈতংনা কেবা মোবা হায়বদি য়েক খোৎতুনা শক-চুনচিংবা শেম্নগা উৎপা অদুবু 'আহার্য্যাভিনয়' হায়না কৌই।

## 'সাত্বিকাভিনয়'

পুক্নিংনা ভও তানা থনবা লেঙদবা রাখলদগী থোক্লকপা হক-চাংগী ফিভম অদুবু 'সাত্বিকাভিনয়' হায়না কৌই।

## অখোইবা ভাব মথল মঙা

শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর

## 'শান্ত'

কৃষ্ণদা য়েন্না থাজবা, অরাম খৌরাংবা থাদোক্লুনা পরব্রহ্মগী মথক খওনবা তানবা অদুবু শান্ত হায়না কৌই।

## 'দাস্য'

শান্ত গুন অসিদগী হেন্জিন্না মনাইগী মওংদা শেব্য তৌবা অদুবু 'দাস্য' হায়না কৌই।

## 'সখ্য'

সান্ত অমসুং দাস্য গুন অনি অসিগী মথক্তা অতিংবা পুকচেলনা মরুপনি খন্দুনা মশানসু কৃষ্ণগী সেবা তৌবা, কৃষ্ণবুসু শিজিন্নবা অদুগা সুংশিবনা হেন্জিলক্কুনা মা, ঐ অমত্তনি খল্লকপগী মতৌ অদুবু 'সখ্য' হায়না কৌই।

## 'বাৎসল্য'

শান্তগী থাজবা, দাস্যগী সেবা তৌজবা মখল অনি অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু মপা-মমানা সেবা তৌবা মচাবু য়োকপগুম্না মশক হোংলকই; মসি মথক্তা সখ্য ভাবনা মচাগুম নিংচুনা সুংঙাইমিন্নে লম হেনবা রারকপা য়ৈবনাচংবা মওং ওল্লকই মচানি হায়বা রাখলনা মথক্কী ভাব অদুম অসিগা তিনশিন্নজনা ওইরকপা অদুব 'বাৎসল্য' হায়না কৌই।

## 'মধুর'

মধুর, শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য মরিমক অসিগী মথক্তা মশাবু কংথোকচন্দুনা চান্নবা, সুংশিবা ওইনা সেবা তৌববু 'মধুর' হায়না কৌই। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা ভাব মখল ৫ অসিবু মখাগী অমনা চাংদম্নবিরম্মী মহুদি :— শান্ত=কোরী, দাস্য=লেজেং, সখ্য=লুপা, বাৎসল্য=সনা, মধুর=রত্নচিন্তামনি

## নৈনবা ৱাহং

১। অভিনয় কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়া গুই।
মথলশিং অহুগী মরমদা তম্লাইনা ইয়ু।

২। অথোইবা ভাব মথল কয়া গুবগে ? মথলশিং অহুগী মরমদা

## পায়া ৪

## 'কুঞ্জরাস'

## কৃষ্ণ অভিসার

### তানচপ মাত্র ৮

### তবহি গমন করুগী সঞ্জ

লেংলকলে কুঞ্জদা কৃষ্ণ পুক্লিং হরাওনা,
গোপীগী পুক্লিং হুবা মুরলী পায়দুনা॥
তপনা তপনা চৎপনা শামুনা তমজরবা;
যুবতিশিংগী পুক্লিং হুবনি॥
নেমনা নেমনা শাৎলিবা লৈ খিবিক উরুরগা
রাস শায়রুগে হায়না পুক্লিংদা থমদুনা॥
মনি থাম্বা লৈতেংনা ইরং ইরং লংলিবা,
মালতি মুক্তিগী পরেং গুক্তা থোনবা॥
খোংথাং খুদিং নোপুরনা রুমু ঝুমু ওংলিবা,
খাংগোইদগী কিংকিনা নীল্লি॥

অসুম্না লেংলকপনা থুংলরে কুঞ্জদা।
চিনবান্দা মুরলী খোজরকুনা মিয়বা
খোম্থাংগী ওরনা লোংলী॥

## কৃষ্ণ অভিসার পুংলোন্

### তাঞ্চপ মাত্র ৮

(মশিং লৈতে)

+ o

| তঃ — — তঃ | — তা থেন্ গীম্রগ্র |
| ধিন্ —থেন্ তা | ধিন ধিন তেন্ তা ॥

অসুম্না লেংলকপনা থুংলরে কুঞ্জদা য়েনবা পুংলোন।

### তাঞ্চপ মাত্র ৮

(মশিং লৈতে)

+ o

| ধিন্ থেন্ তঃ থেন্ | তঃ গীম্রগ্র ধিন্ থেন্ |

(অথাবা পুংলোন্)

+ o

| ধিন্ তত খিত্তা ধিন্ | তত খিত্তা ধিন গ্রগ্র |
| তঃখিং তৎখিং তত খিত্তা | ক্লগীন্ থেন গীদাং — |
| থেন্

কৃষ্ণ অভিসার লোইরে।

## রাধা অভিসার

### তাঙ্কপ. মাত্রে ৮

চন্দ্রবদনী ধনীগী সঙ্গ

থাবু ওমজবী রাধে লেংলকলে অভিসার।
অনৌ অনৌবা রসকী ভুংনফম ওইরিবা॥
কর্পূর চদন্না নিংথিনা লৈতেংলী।
মালতী পরেংনা ওক্তা থোগনলিবী।
থানিলগী থাবলনা বনম্ভু নিংথিজরে,
কুণ্ডল কুশুম ফুগাইনা শাৎকাম্নরকলে।
ওক্তা মোতি খুৎতা খুজি থোন্দুনা।
ইবুংঙোগী প্রেমদা লুপচরবী রাধে।
নিকুঞ্জ য়ৌহুনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজরে।
গোবিন্দ দাসগী নিংজবা থুংজরে॥
চন্দ্রবদনি ধনীগী সঙ্গদা য়েনবা পুংলোন।

### তাঙ্কপ মাত্রে ৮

(মশিং মৈতে)

| + | | | | o | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| — | গ্রগ্র | তঃ | গীন্ | — | তঃ | খেন্ | — |
| খিন্ | গ্রগ্র | তঃ | গীন্ | — | তঃ | তাং | — |

নিকুঞ্জ য়ৌহুনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজরো। য়েনবা পুংলোন।

| খিন্ | খেন্ | তঃ | খেন্ | তঃ | গ্রগ্র | খিন্ | খেন্ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|

( অথাবা পুংলোন্ )

| খিন্ তত খিত্তা খিন্ | তত খিত্তা খিন্ গ্রগ্র |

| তঃখিং তাংখিং তত খিত্তা | তঙ্গীন্ খেন্ গীন্নাং — |

| খেন্

রাধা অভিসার লোইরে।

'কৃষ্ণ নর্ত্তক'

(ব্রহ্ম তাল) মাত্র ১৮

(নৃতস্তি বিপিনেশী সঙ্গ)

শারি জগোয় শ্রীকৃষ্ণনা
সখিশিংনা কোয়শিন্নগা
কনা কনা 'গুণীনা
জগোয় তালদা খোংথাং চানা,
মৃদঙ্গ মুরুজবু য়ৈরি।
রাগ রাগিনী মথক্তা
সখিশিংনা শকলি গুনবু।
য়ৈরি ব্রহ্ম তাল ইন্দ্র তাল
একতাল প্রথম তালদা
য়ৈরকলে খেন খেন খেন
খেন খেন খেন জিন্নগর তা ॥

## বিষ্ণু তাল্

## মাত্র ১৮

(যুবতি মনোহরণী সঞ্চ)

শ্রীরাধানচিংবী গোপী পুমনমকপু
প্রেম চাওখৎনবা শ্রী গোবিন্দনা,
ফজবা খিঙ্কি তুংনফম ওইবা কৃষ্ণনা,
থেকনা নৌনা চো তুনা শারি জগোয়
তুমেং খুদিং অসুম্না শান্নবা লিলাবু,
থাগৎনাইদা চেৎনা নিংজরি গোবিন্দ দাসনা ॥

## কৃষ্ণ নর্ত্তক্ রৈনবা পুংলোন্

## ব্রহ্মতাল্ মাত্র ২৮

+ ০ ১ ৩ ৩
| ত্রৎ ধিন্ | ধেন্ ঘিতা ধেন্ ঘিন্তা | তাতেন : তা | ত: —

৪ ৫ ৬ ০
ধন্ত ধন্ত | ধিনধিন ততখিত্তা | তগী গীন্নাং :তাখিত্তা | ত: —

৭ ৮ ৯ ১০ ০
ধন্ত ধন্ত | থেন তাতঃ | তৎতৎ ত্রগ্রতেন্তা | তা — | থেন্ তা

+ ০ ২ ৩ ০
ধিন্ তাং | — থেন্তা | ধিন্ ধেন্ গীন্ ত:গীন্ ত: | — গীন্তা

৪ ৫ ৬ ০
| ধিন্ ধেন্ গীন্ ত.গীন্ ত: | তাং — | — —

৭ ৮ ৯ ১০ ০

| ধিন্ ধেন্ গীন্তা । থেন্ তাতঃ | ধিনগীন্ন ধিনগীন্ন | ধিন্ — | — — ।

\+ ০ ২ ৩ ০

| ধিন · গীন্নগ্র | ধিন্ — | ত্রং : তা | ধিন্ — | — — |

৪ ৫ ৬ ০

| থেন্ তধিন্ | : ধেন্ গীন্নগ্র | তাত্রেন : তা | তেন তাতঃ |

৭ ৮ ৯ ১০ ০

| থেন্ থেন্ | থেন্ থেন্ | থেন থেন্ | গীন্নগ্র তা | — — |

## যুবতি মনোহরগী সঞ্জদা য়েনবা পুংলোন্

## বিষ্ণু তাল্ মাত্র ৮

\+ ০ ২ ০

| ধেন্ গীন্তেন্ | তাতঃ গীন্তা | ধেন্ গীন্তেন্ | তাতঃ গীন্তা |

৩ ০ ৪ ৫ ০

| ধন্ত তত্ত | গীন্তা ধন্তা | তত গীন্তা | ধন্তা গীন্তা । ধন্তা গীন্তা ||

\+ ০ ১ ০

| থেন্ খিত্তেন্ | ততঃ খিত্তা | থেন্ খিত্তেন্ | তাতঃ খিত্তা |

৩ ০ ৪ ৫ ০

| তত তত | খিত্তা তত্ত | তত খিত্তা | তত খিত্তা | তত খিত্তা |

## নৈনবা বাহং

১। খোয়না তমলিবা রাস্ অদুগী কৃষ্ণ অভিসারগী ইশৈ অমসুং পুংলোনগা কোন্ননা ইয়ু।

২। রাধা অভিসারগী ইশৈ অদু ইয়ু।

৩। কৃষ্ণ নর্ত্তককী ইশৈ অমসুং পুংলোন ইয়ু।

## পারা ৫

জগোই শাবী মুপীবু 'পাত্র' হায়না কৌই। পাত্র মখল অহুমনি মতুদি— মুগ্ধা; মধ্যা অমসুং প্রগলভা অহুম অসিনি।

### 'মুগ্ধা'

চহি নৌরিবী, কাম মপুং ফাদ্রিবী, রতিবিষয়দা হৈনজদ্রিবী, সখীশিংগী মখাপোল্লিবী, রতিগী থবক্তা য়াম্না ইকাই থীরিবী, অতুমদি ওইরগা মুংদদি পামজবী। মাগী চান্নবনা মরাল লঙজর-বদসু ফুনগৎপমখৈ খাঙজবী, অথীবা নত্রগা মুংশিবা রাঙাও অমত্তসু হায়ঙমজদবী, শাউরগা মমায় নৈথোকচবী অতুগুম্বী মুপীবু 'মুগ্ধা' হায়না কৌই। মসি মখল অহুমনি মতুদি— কন্যা মুগ্ধা, স্বীয়া মুগ্ধা অমসুং পরকীয়া মুগ্ধা অসিনি।

### 'মধ্যা'

ইকাইবদসু কামগী রাথন্দসু চপ মান্নবী, নৌনা মথোন কারকপী, হাইফেৎ ইচঙথোনা রা ঙাঙলবী অতুগা রতিগী থবক্তা হেক পঙথবা ঙম্বী, করিগুম্বদসু মেঙনা শাউবী, করিগুম্বদনা য়াকনা শাউবা মতৌ তৌবী অতুগুম্বী মুপীবু 'মধ্যা' হায়না কৌই।

### 'প্রগলভা'

মপুং ফানা মথোন কারবী, নরাংবী, মখল মখলগী রতি ক্রিয়া পামজবী, রস ভাব য়াম্না খঙলবী, রসনা ময়ম ওইহনা মাগী চান্নববু চিংবা ঙম্বী, রাঙাও শঙাও অমদি কেথোক মোথোকপদা হৈথোই শিংথোইরবী, শাউরবদা য়াম্না য়াকশিন্না শাউবী অতুগুম্বী মুপীবু 'প্রগলভা' হায়না কৌই।

## নৈনবা ৱাহং

১। পাত্র কদায়নু কৌবগে? মখল কয়া শুই। মখলশিং অসুগী মরমদা শুগাইনা ইয়ু।

## পারা ৬

## "শ্রী রাস লীলাগী অথুপপা মশক"

শ্রী রাস-লীলাদা শ্রী কৃষ্ণদি ভাবকী মশকনি অদুগা শ্রীরাধানা থরাই ওইবীনি। তাইবঙ পানবা পুম্নমক্তা অনি অসিনা মচি খুদিঙ থুংনা শান্নরি। ভাব পুম্নমক্কী অপুনবা মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী ভাব মুর্ত্তিগা থরায় পুম্নমক্কী অপুনবা মশক ওইবী শ্রীরাধিকাগা অনিগী প্রেম মিলনবু রাস-লীলা কৌই। শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক তোঙান্নবা নত্তে— আত্মা অমত্তনি, থরায পানবা জীবশিংবু রসতত্বগী মহাউ খঙহনবীদুনা অথোইবা প্রেমানন্দ অদু ফংহনবীনবগীদমক ব্রজবাসদা শকলোন অনি থোক্লা উৎপিরবতনি— মশা অমত্তনি। শ্রী রাধা কৃষ্ণদি ভাব অমসুং প্রানগী মশক ওইবা অদুগুম্বা আত্মা অদুগী মশক ওইনা থরায় পানবা খুদিঙমক্কী থম্মোইদা শীন্দোক্লুনা লৈ। মরম অদুনা থরায় পানবশিংগী মপুং ফাবা মুংঙাইবদি মাগী মশাগী আত্মা (ঐ) অদুদা লৈ হায়বদি শ্রীরাধা-কৃষ্ণদা লৈ। কৃষ্ ধাতুদগী 'কৃষ্ণ' থোকই, 'কৃষ্' হায়বদি আকর্ষন তৌবা (চিংশিনবা) হায়বনি। হায়বদি— ভগবাননা মাগী জীবশিংবু মতম পুম্নমক্তা য়াইকবা অমদি মুংঙাইবগী লমদা চিংশিনবীদুনতা লৈ, মরম অদুনা মাবু 'কৃষ্ণ' কৌনবনি। অদুগা, মতৌ অসুম্না মহাক্না থরায় পানবশিংবু মাগী মনাক্তা চিংশিনবীনবা খুৎলাইদি প্রেম হায়বসিনি। হাররিবা 'প্রেম'

অসিগী মশক্তি শ্রী রাধারানিমক্তি। থরায় পানবা জীবশিংগী মশানা লোয়নজররক্লবা মথরায়গী অপাম্বশিং অমুনা শ্রীভগবানদা মমায় ওনশিন্দুনা তশেং তশেংহল্লবা মতম অমুদা মমুনা প্রেম হায়বসি ওল্লকই। অস্মুম্না জীবনা প্রেম মশক খঙলক্লা মতম অমুগা ভগবান মশামক্লা প্রেম অমুবু লৌশিনবীমুনা মনাই ভক্ত অমুবু মহৈ য়ালহনবী হায়বদি তশেং তশেংলবা ভক্তগী থম্মোইন্নুংদা লৈবী শ্রীরাধারানী (প্রেমগা) লোয়ননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা অমত্তা ওইনা তিন্নখি। জীবাত্মানা পরমাত্মাদা তিনখি। রাধ ধাতুদগী রাধা হায়বা পদ অসি ওই। রাধ ধাতুগী অর্থদি— নিঙজবা (আরাধন) তৌজবা হায়বনি। হায়বদি করম তৌনা নিঙজরগা ভগবানবু লায়না ফংবা য়াবগে হায়বা তমুগুম্বা সাধনা অমু তাকপিগে, খঙহনবীগে হায়বগীদমক, প্রেমগী মশক ওইবী রাধারানীনা; বৃন্দাবন লীলাদা আরাধিকা শক্তি ১দি জীবাত্মা ওইনা লীলা শান্নবীমুনা পরমাত্মাদা তিনজনবগী অরায়বা উপায় উৎপিখিবনি। ভক্ত অমা ওইনা কমদৌনা ভগবানবু ফংমুনা নুংঙাইজবা য়াবগে হায়বগী অথুপ্পা তত্ত্ব অমু অস্মুম্না তাইবঙদা ফোংদোকপিখিবনি। রাস লীলা কৌবদি মসিনি।

## নৈনবা বাহং

১। রাস লীলা কদায়বু কৌবগে ?

২। রাস লীলাগী অথুপ্পা মশক অমু শুগাইনা ইয়ু।

## পারা—৭
## "গানঙাই"

গানঙাই হায়বা হরাউবা অসি কবুইশিংগী তৌদবা য়াদ্রবা হরাউ কুম্মগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা কুম্মৈনি। মসি রাকচীং থাদা মুমিং মঙানি হরাউই। মসিদা মখল মখেলগী ওইবা জগোয় ইশৈ কয়ামরুম তৌই। মতুদিঃ- ঙাইগং পুইনৈ, তমচন পুইনৈ তুনা গানঙাই, নপচনপুইনৈ অমসুং রাপৎ পুইনৈ লোয়ননা অশিবশিংগী-দমক থৈ কদিমৈ অসিসু য়াওনা পাঙথাকই।

### অহানবা মুমিং (ঙাইগং পুইনৈ)

চহিগী অহানবা হরাউবা মুমিং অসিদা খুনগী অহল লমনশিংনা অয়ুক ঙস্তাদগী হৌনা খুলবু কোল্লিবা লাইগীদমক হরাউবা ঙাক-পিনবা (চরুংবুংগুচং) থাদোক্কুনা হরাওবা হৌই। চহিগী অমদি হৌজিক হৌজিক্কী অফ ফত্ত ফল খঙননবগীদমক ওক হাৎলি, ওককী পৈ য়েংঙি, মতুদা লৈবা শাক্কিনা অতু হৈ শিংলবা অহল লমন্না য়েং-লগা অফ ফত্ত ফল পুন্নমক খঙই। অসি পুন্নমক খঙলবগীতুংদা পুকচেল খোইজেল তিন্ননা অমসুং মাননা লৈনবগী রাশক ওইনা চামিন থকমিন্নে। নুংথিল্দা অকল-অথৌগী চাংয়েং — মুঙ হুনবা, চেনজোঙ মাংজোঙ মুক্কানচিংবা তৌই, মুমিদাংবাইগী মতমদা মুমথোং খুদিংদা অশেঙবা মৈ য়েল্লি। অসিগী তুংদা মরুপ-মপাং চাক কৌতুনা চাকচা হৈজানৈ। মসিদা অহানবা হরাউবা থৌরম লোইশিল্লি।

### অনিশুবা মুমিং (তমচন পুইনৈ)

হরাউবগী নিনি চনবা মুমিং অসি খুলগী লৈশাবী, পাখঙশিংনা হরাউবগী শেন্থাং ওইনা হরাউবা মনুংদা চান-থক্কবা হায়তুনা মানা

মানা ওমজবা মনা মশিং, চেগু হরাইনচিংবা পুনরকই মতুবু 'তমচা' হায়না কৌই। পুনরকইবশিং অতুগী মরক্তা খরাইদগী ফজবা, অহেনবা খল্লগা অহলশিংগী তিনফম পৈকাই অমস্তুং বানজা কাইবংদা থিল্লি। মতু থিনবদা শাবা জগোয়বু 'তমচন লাম' হায়না কৌই। মসিগী ভাবতি মচং ওইবা অহাও অথুমশিংতু মখোয়না চাদ্রিডৈগী মমাংদা অহলশিংদা হাল্লা পিজথোক্লগা মমৈদা লৈশা পাখঙশিংনা চাবনি হায়বা তাকপনি। অস্তুম্না অনিশুবা হরাউবা লোইশিল্লি।

## অহুমশুবা নুমিৎ (তুনাগান্ ঙাই)

কবুইশিংনা অঙাং ওইনা লাকপদগী লৈশাবী, পাখং ফারবা মতমদা ময়াম মরক্তা তিন্দুনা শেম্হাং লৌবা য়া র হায়তুনা খংচু অমস্তুং লুচুদা চংবা তিনবা হৌবা অতুবু 'গানপী কদিমৈ' হায়না কৌই। পাখংদগী অহল্লক্তা তিনখিবা অতুবু 'খংবোন কদিমৈ' হায়না কৌই। অসিগুম্বা লাইমিং লৌবগুম্বা ময়ামদা খঙননবা তৌবা কর্ম অতু হুমনি শুবা নুমিৎতা পাংথোক্ই। নুমিৎ অসিদা জগোয় শাই।

## মরিনি চনবা নুমিৎ (নপচন পুইনৈ)

নুমিৎ অসিদা ইমুং খুদিংমক নপচনমৈ হায়তুনা পুজা তৌই। হরাউবদা চাইথোকখিবা মহেমরোং, শেল থুম মাংহনখিবশিং অতু অমুক হঞ্জিন্নবা হায়তুনা থোমজিন পাশিন্নৈ; মতুবু 'নপচন পুইনৈ' হায়না খঙনৈ। খংচু অমস্তু লুচদস্তু লৈশাবী, পাখঙগী কুম্মৈ অরোইবা ওইনা য়ামনা চাওনা চাক-চা হৈজানতুনা য়াল্লা নুংঙাইনা হরাওত্ত কুম্মৈ তৌই।

## মঙ্গানি শুবা নুমিৎ (রাংপল্‌ৎ)

নুমিৎ অসিদা খুনগী অহল লমনশিংনা লাইতিন খুরুমই. মত্তুবু 'রাংপৎনা লারেন' পুজা কৌই। খুনগী পস্থোংদা লাই অচৌ অপিক নাইনা মথং মথং খাইত্তুনা য়াম্না ইরাংলি। অমস্তুং য়েলহিংনচিংবা উশিন ওইনা থাই। মতৌ অস্থুনা 'গানঙাই চহিগী হরাউবা লোইশিল্লি।

## 'থৈকদিমৈ'

কবুইশিংনা গানঙাই হরাউবা অসি লোইরবা মতমদা চহিগী মসুংদা শিরিবশিং অত্তুগীদমক্তসু থৈ কদিমৈ' (ফিরোই) হায়বা উৎসব অসি পাংথোকই। থৈ কদিমৈ হায়রিবা উৎসব অসি লোইদ্রিফাওবা শিগ্রবশিং অত্তুগীসু শেন্থাং. চাকথুং লোইনা থুংহল্লি। শিবা অমস্তুং শিদ্রিবা তনিগী খাই দাক খাইজিন তৌননবা তৌরিবা উৎসব অত্তুবু 'থৈকদি মৈ-লাম' হায়ত্তুনা জগোয় ইশৈনা বিদায় তৌরগা মহাক্কী শেন্থাং, চাকথুং অত্তু শিক্রিবশিংগী মরক্তগী কোকলে অমুক হন্না মন্নাম মখক্তা তিক্রে হায়না লৌরগনি। অত্তুনা অশিবশিংগী গানঙাই মত্তুং হরাউবা কৌই।

## নৈনবা ৱাহং

১। চহিগী তৌদবা য়াদ্রবা কবুইশিংগী খাইদগী চাউবা কুম্মৈ কুরিনো ?
২। কুম্মৈ অসিদা নুমিৎ কয়ানি হরাউরগে ?
৩। হরাউরিবা কুম্মৈ অসিগী মতমদা শুগাইনা ইয়ু।

